# ৱারী লী খোঙ্গুল লী



ৱা: কু: মণি

# ৱারী লী খোঙ্গুল লী

( অহানবা শরুক )

রাঃ কুঃ মণি সিংহ

সুলোচনা পব্লিকেসন্স
শগোলবন্দ ইম্বুদম লৈরক, ইম্ফাল, মণিপুর

ৱারী লী খোঙ্গুল লী (অহানবা শরুক)
অহানবা ফোঙবা : ১৯৯২
(মণিপুর সরকারগী চিলড্রেন লিতরেচর, ১৯৯১ গী অহানবা মনা ফংখ্রবা)

সুলোচনা দেবীনা সুলোচনা পব্লিকেসন্স, মণিপুরগীদমক ফোঙবা
কোপী মশীং : ১০০০
মমল : লুপা ৫০
লাই য়েকপিবা :
(১) শ্রীরাজকুমার জয় সিংহ
(২) শ্রীহুইদ্রোম সমরেন্দ্র সিংহ
মখুমগী লাই : 'নুমিত্তা হঙোইশিংগী ৱাকৎ' না হায়রি :
অৱাবদা অৱাবা হাপ্পীগনু।
মনমগী লাই : 'ৱায়খু অমসুং মপী' না হায়রি :
পাউতাক্তগী থবকনা হেন্না মমল য়াম্মী।
লাইরিক নম্ফম : বীর কম্প্যুটর প্রিন্টিং ৱাক্স
লম্ফেল, ইম্ফাল, মণিপুর
অইবা : রাজকুমার মণি সিংহ




# WARI LEE KHONGUL LEE

**Volume I**

A collection of one hundred fables by Shri Raj Kumar Mani Singh of Sagolband Ingudam Lane, Imphal, Manipur (India), published by Smt. Sulochana Devi for M/S SULOCHANA PUBLICATIONS, MANIPUR at Bir Computer Printing Works, Lamphel, Imphal - First Edition: 1992.

# ৱাহৌদোক

'ফেবল' হায়না খঙনবা পাউরৌ-ৱারী অতেনবশিং লম লমগী লোইনা লৈনবা ঙাক্তনি। লাইরিক ওইনা ফোঙবসু য়াউই, ফোঙদবসু য়াউই। ইরম্বা, লীরম্বা মীওই চপচানা থিদোকপদি ইৱা ৱাবনি। অদুবু অঙম্বা খরা খরা খোমজিন্দুনা লাইরিক ওইনা থনম্বা হায়বসিদি পুম্নমক্কী য়ায়ফবা ওইগনি খঞ্জে। মীগী লমদসু থবক অসি য়াম্না পুক্নিং চঙনা চখনরি।

পান্দম অসিগী মখাদা ৱারী চাম চামগী ভোল্যুম নাইনা চংথজনিংঙুই। লাইরিক অসিনা অহানবা খোঙথাংনি। লাইবক ফবদগী মণিপুর সরকারনা চিলড্রেন লিতরেচর (অঙাংগী সাহিত্য) গীদমক খুৎই ওইনা থাগৎচরুবদা ইং ১৯৯১ গী অহানবা মনা পীবিরকখি। পুক্নিং থৌগৎপীরকখি। তৌবীমল খঙবা উৎচরি।

ৱারীমচা চাম অসি থায়নগী গ্রীসকী এশোপকী ফেবলশিংদগী অঙাংশিংনা পাবদা খুৎলোয়নবা অবাইবা লোন্দা য়াম্না তেনশিন্না লীবা ঙমননবা হোৎনজবনি। ৱারীগী মতেং ওইননবা অয়েকপা লাই অমমমসু হাপচরি। লাইশিং অসি মমিং লৈববা কলাকার শ্রীরাজকুমার জয় সিংহ অমসুং শ্রীহুইদ্রোম সমরেন্দ্র সিংহনা য়েকপিবনি। কলাকারশিং অসিদসু তৌবিমল খঙবা চৎচরি। লোয়ননা, লাইবিক অসিবু নিংথিজনা ছাপা নম্বীরকলিবা বীর কমপ্যুটর প্রিন্টিং ৱার্ক্স, মণিপুববুসু য়াম্না থাগৎচরি।

ৱারীমচাশিংসিদা 'সিম্বোল' কয়ামুক য়াউবি। খুদম ওইনা পাম্বীশিংগী মবক্তা হৈনৌ পাম্বী, চোর্ফোন পাম্বী, থৈবোং পাম্বী, অঙ্গুব পাম্বী, খোংনাং বট, কৌবিল্যা পাম্বী, কাৱ্রংচাক পাম্বী, শীংনাং অসিনচিংবা। পোৎলমশিংগী মনুংদগীসু থাউমৈ, শীংজঙ, চৈত্থুপ, চফু, তুরেল, সমুদ্র, লাইগী মুর্ত্তি, অসিনচিংবা। ঐখোয়গী লমগা চাননবা হায়দুনা লাইগুম্বা অমদি উচেককুম্বগী মমিং য়াবিবমখৈ ঐখোয়গী লমগী ওইবা মমিংশিংদা ওম্বোকচৈ। শা উচেক্কী মমিংদি মবাঙ কায়না য়াউরে- হামেঙ, য়াউ, কৈশাল, লমহুই, উট, শগোল, গধা, নোংশা, কৈশাল, উচি, খৈবোট, যোং, শজি, থেব, অসিনচিংবা। উচেক অমসুং জীব মচা কয়াসু য়াউবি- শেকপী, ক্বাক, খুনুগ্রং, উমাইবী, খুনু, লাঙজা, শেন্দ্রাং, মকু, হাবৌ, খোইবী নিংথৌ, ৱাযখু, ঙা, হঙোই অমসুং লীননচিংবা। অসিগুম্বা সিম্বোলশিং মীগী মহুৎ শিনবা ঙাক্তনি। মখোয়গী মশক অমসুং লমচৎ-শাজৎ অমুক ইকদ্রবসু অযাম্বনা খঙনববনিনা ৱারী লীবদা যাম্না তেনশিনবা ঙম্মী।

ৱাবীশিং অসিদা মীওইবগী লমচৎ-শাজৎ, লৌশিং অমসুং গুন কযামুক নিংথিজনা নৈনদুনা মমল যাম্নবা পাউতাক কযা পীরি। পাউতাকশিং অসিগী মতুংইন্না খোঙ্গুল লীবা ঙম্নবদি অফবা অমসুং মতীক মগুন লৈরবা মী অমা ওইবা হায়বসিদি শোয়দ্রবনি হাযনা খঞ্জে। অদুনা পীকলিবা অঙাংশিংদা পাউদম অসি থৱায় য়াউনা তমজনীংখি।

লাইরিক্কী অরোইবা শরুক্তা 'লীবা য়াবা খোঙ্গুল' হায়না হাপচরিবসি ৱাখল খনবা নুংঙাইনবগীদমক হাপচবনি। হেন্না হেন্না নৈনরগা অচুম্বা ফিরেপ অমা ফঙননবগীদমক্তদি অপাবশিংগী খুত্তা থমজবে।

ইম্ফাল
তাং ৭।৯।৯২ ইং

রাজকুমার মণি সিংহ

লঙোম য়োনবা অমসুং লঙোম চপু - ৫৩

# য়াওরিবা

---

# থাউমৈ



থাউ য়াম্না হাপ্লবা থাউমৈ অমনা ফজনা মঙাল পীরি। ঙাল্লবা মঙাল অদু মথনতা য়েংজরগা থাউমৈদুনা নুমিত্তগী ফাওবা হেন্না ঙাল্লে হায়না নাপল তৌজে। খঙহৌদনা অকনবা নুংশিৎ অমা লাক্কুনা থাউমৈ অদু মুৎখ্রে। থাউমৈ মপুদুনা অমুক চুখৎলে। অদুগা হায়খি : 'হন্দক্তি অমুক নাপল তৌরনুকো, তুমিন্না অদুম চাক্কুনা লৈয়ু। খঙঙু, থব্রানমিচাকফাওবা অনীরক চুখৎতবনি।'

# হৈনৌ পাম্বী

শোরোক ময়াদা হৌবা হৈনৌ পাম্বী অমা হৈনৌ য়াম্না পাল্লমমী । অচৎ - অওকশিংনা অমদি নুপা মচাশিংনা কাখত্তুনা মশা থুদেকই, নুংনা থাই হৈনৌ চাননবা ।

হৈনৌ পাম্বীনা অৱাবা খোঞ্জেলদা হায়খি : 'ঐসি লাইবক কয়াদা থীপ্রবা ! পিজ - পিথক তৌরিবা ঐঙোন্দা কয়াদা শাথিনা ওৎখ্রবা !'



# চোর্ফোন পাখ্বী অমসুং থৈবোং পাখ্বী

চহীচুপ্পা মনা পান্দুনা লৈবা ফজরবা চোর্ফোন পাখ্বীনা কুম কুমগী মনা কেনবা অমসুং পানবা থৈবোং পাখ্বীবু নোকনৈ। কুম অমা নিংথম থাগী মতমদা উন চগুংননা তারকখি। চোর্ফোন পাখ্বীগী মনা পূংলবা মশা মরেং ময়াম মরক্তা উন মপৈ মপৈ পন পন্দুনা লৈখি। লৈপাক য়ৌবা ঙমখিদে। লূমথরক্তুনা মশা মরেং তেকথরকপদা নত্তনা পাখ্বীসু তুরে, অদুম শিরে। থৈবোং পাখ্বীগীদি মনা পান্দবা মতমনিনা উন্না পংনবা ঙমখিদে, লৈপাক্তা তাখি। থৈবোং পাখ্বী হিংদুনা লৈহৌই।





# অঙ্গুর পাম্বী অমসুং হামেঙ

অঙ্গুর পাম্বী অমা, মাগী মতমদা, ফজনা মনা পাল্লে, মহৈ য়াল্লে। মনাক্তা চৎলম্বা হামেঙ অমনা মাগী অনৌবা মকোই মরাং অমসুং মনা থৎ থৎতুনা চায়। অঙ্গুর পাম্বীনা হামেংদুদা হায় : 'ঐনা নঙোন্দা কৈসু তৌদনা ঐগী ইনা চাথোক্লিবা করিগীনো ? নাপী হানৌ অমত্তা ফংজদ্রবরা ? অদুবু ঐনা লমন খুমগদবা কুইদ্রে। নঙনা হৌজিক চাথোকপ্লিবা ইনা অমসুং ইরু কোকহল্লিবা অসিগীদমক নঙবু হয়েং বলিগীদমক চিংদুনা পুরবা কান্দা, নঙগী নথক্তা ঐনা য়ু ওইনা হৈথরককনি।'



# খোংনাং বট অমসুং শীংজনবা

চীংজাউ অমদা হৌবা খোংনাং বট অমা শীংজনবনা য়াল্লী। তুপ্লদুনা লৈম্যায়থক্তা তুথখ্রে। শীংজনবনা মশা শান্দোকই। মশাশিংদুদগী শীংচেপ শেম্মী। শীংচেপশিংদু য়ৈশিল্লগা মউ অচৌবদু মচেৎ মচেৎ খায়দোক্লবা থৌরাং তৌরকই। খোংনাং বটনা কপ্লদুনা হায়রকই :

'ইখোঙদা শীংজঙনা য়ানবদু ঐ থোইনা থৌশারুদে। ইশা ময়ামনা শীংচেপ শেমদুনা ইশাদা য়ৈশিল্লকপা অসিদি ঐ খাঙবা ৱায়।'



# উ অমসুং শীংজঙ

নুপা অমনা উমং অমদা চংলক্লগা মাগী শীংজঙ মখোক ওইননবা উ মচা অমত্তং উ পুন্নমক্তগী নিজরম্মী। উশিংনা য়ানরে। শৈ পাম্বী মচা অমা পীরে। শৈ পাম্বী মচাদুনা ফজরবা মখোক অমা মাগী শীংজঙদুদা পানশিল্লে। হেক লোইবগা পুকচেল চাউরবা উ পুন্নমক মথং মথং য়ানথবা হৌরক্লে। চহী লিরবা উ হনুবা অমনা, হৌখিবা থৌদোক্তুগীদমক তেংথা নাওইখি, থংনবা উজাউদুদা কপ্পা কপ্পা হায়খি :



'ছায়জবা য়াক্লবগী অহানবা থৌদোক্তুনা ঐখোয় পুন্নমককী মাঙ তাক্লবা ওইরেদো! শৈ মচাদু পীরমদ্রবদি ঐখোয় পুন্নমক শিরোইদৌবনিদো!'

# শৈ কুহী অমসুং মহাদেব

চাউরবা উমং অমদা অচৌ অচৌবা শৈ কুহী পাম্বী কয়া হৌরম্মী। মথং মথং য়াল্লকপনা খরদা ঙায়শিল্লক্লে।



লেমহৌরিবা উশিংদুনা, উমংদুগী ঙাক-শেল্লিবা লাই মহাদেবদা ব্রাকৎচৈ : "করি তৌগনি ঐখোয় হিংলুদুনা, শীংজঙগী ময়াদা তাম্নবা মপোক অসি পোক্লক্লবনি, চহী কয়া চঙনা চাউজরক্লবনি"। মহাদেবনা খুম্লকখি : 'নরাইবক থীবা অদুগীদমক নশাবু থাগৎচৌ। মরমদি নশা অদুদগী ফজ - ফজরবা উখোঙ, বীমনচিংবা কয়া থোকহন্দুনা উশুবা কয়াগী পুন্সি হিংনরি, মী কয়াগী ময়ুম শানরি। নৎত্রবদি করিগী নখোঙদা শীংজঙ লাককনি।'

# উজাউ অমসুং শীংনাং

চাউরবা উজাউ অমা অকনবা নুংশিংনা হুমদেক্কুনা হৌফম তোৰ্ব্বান্দগী তুথরদুনা তুরেল খোংনুংদা ফৈনা তাদুনা লৈরে। শীংনাং মরক্তা তাশিনখি। শীংনাংশিংদুদা মানা হায় : 'য়াংখ্রবা শোনখ্রবা নখোয়দি কনখ্রবা নুংশিং অদুনা করিসু শোকহনবা ঙমদে, অঙকপনি।' শীংনাংশিংনা খুম্নকখি : 'নঙদি নুংশিংকা লাম্বা তৌনরুইদো, অদুনা নরু ফুক্কুনা মাংহনবিরেদো ঐখোইদি নুংশিং হেক লাকপগা কোক হেক্তা নোনথৈ, অদুনা কৈগু তৌবিরমদে।'



# কৌবিল্যা পাম্বী অমসুং কাব্রংচাক পাম্বী

কৌবিল্যা পাম্বীনা কাব্রংচাক পাম্বীদা মখৌ পোঙনা হায় "নঙবু করি কান্নরিবগে ? ঐদি মফম খুদিংদা ইচন চন্নে।"



কাব্রংচাক পাম্বীনা খুমখি : 'হে তোল্লবা উ, শীজঙ পায়দুনা নত্রগা হোরাই অচৌবা পুরক্কুনা নঙবু য়ানথোক্লগে লাক্লবা মতমদা, নঙ কাব্রংচাক পাম্বী শোয়দনা ওইনিংলককনি।'

# কফোই পান্বী, মালহৈ পান্বী

অমসুং নাতোনচাবী

কফোই পান্বীগা মালহৈ পান্বীগা ফজবা তান্নবদা কন্না খৎনরক্লে । শম্বলদা শাৎলিবা নাতোনচাবীনা চাউথোক্লা হায়: "ঐগী মাঙদা নথোয় অনীনা খৎনরিবদুবু ইকায়দ্রবরা ? খিং তোক্লোসে ।"



# লংফৈ চৎপা অনী অমসুং শীংজঙ

নুপা অনী লংফৈ চৎমিন্নরম্মী। লম্বীদা তারম্বা শীজঙ অমা, অমনা খুল্লদুনা হায়: ""হৈ! ঐ শীংজঙ অমা খুল্লেনহে।"" অতোপ্পদুনা খুম্মকই: ""ঐ হায়নুনে, ঐখোয় হায়য়ুনে।"" লাপ্পবু চৎত্রি, শীংজঙ মপুনা তান্নরক্লে। শীংজঙ খুনবা নুপাদুনা হায়: ""ঐখোয় লোয়রে-দনা! অতোপ্পা নুপাদুনা খুম্মকই: ""ঐখোয় হায়নুনে, ঐ হায়য়ুনে।""



# চৈতুপ

সমুদ্র ময়াদা লংফে চৎপা খরনা অৱাংবা চীংদোন অমদা কারগা সমুদ্ররোমদা য়েংথরক্লম্মী। অরাপ্পদা অচৌবা জহাজ মানবা অমা উরম্মী। হি থাংফম তান্না চঙলকপদু য়েংনিংলম্মী। নুংশিৎকী মায়ওন তুংইল্লক্লবা কান্দদি জহাজ অচৌবা মান্দ্রে, হি মচা অমা মাল্লে। অসুম চংশিল্লক্লুনা তোৰ্ব্বান য়ৌরবা কান্দদি হি মচাসু ওইরমদ্রে, চৈতুপ খরা পুনশিন্নবা ওইরল্লে। অমনা হায় : "সিগী ওইরে ঐখোয়না ঙসাইমখৈ ঙাইরিসিদি।"



# নুমিত্তা হঙোইশিংগী ব্রাকৎ

নুংতিগী থোক্লিবা নুমিৎনা
নোংমা লাউরকখি,
"ঐ লুহোংলগনি"।
অতিয়া তন্না হঙোই ময়াম্না
কন্না থোংখি।

হঙোইশিংগী খোঞ্জেলনা
শোরারেনগী পোত্থাবা
কায়হনখি।

'করি তৌরবগে, হঙোইশা ?'



হঙোই অমনা খুমলকই : 'নতোম্মত্তা ঙাইহরিঙৈসিফাওবদা পাথী কোম্বী, থোংবান লূকলাং পুন্নমক কংশিন্নকুনা, ঐখোয় লৈকংলাদা ব্রানা থাঙলি। নহাক্লা অতে নুমিৎ কয়া পোক্লরবদি, ঐখোয়গী ফিভম করি ওইগদৌরি ?'

# য়াউমচা অমসুং কৈশাল

কৈশাললনা তাম্নরকপা য়াউম্রচাদু মন্দির অমদা লোংখরে। কৈশাললনা লাউই : ''মন্দিরগী পুজারীনা ফংলবদি, নঙ শোয়দনা বলি তৌখ্রনি থোক্লককউনে''। য়াউমচানা খুল্লকখি : ''নঙনা চাগদৌবগী শরুক বলি তৌখ্রসনু''।



# উট অমসুং লৈশেম্বা



ষন লাবগী ফজরবা মচী
অদু উবদা উটনা কল্লক্কুনা
লৈশেম্বদা হায়জে:
"ঐগীসু ইচী পানবিয়ু।"

লৈশেম্বনা মুম্না খল্লগা
উটকী শাওং শাদা য়েংলগা
মচী পিবদি লায়রদুনা
মনা মচেং অমা থদংখি।

# শাদানবা অমসুং শগোল তোংবা

শাদানবা অমখক্না থেবা অমা ফারে। মরেংবান্দা থল্লগা ময়ুম লমদম পাংলকই। লম্বীদা শগোলতোংবা অমা থেংনরে। শগোলতোংবনা লৈজরগে হায়দুনা নিরক্লে। লৈদা লৈরগদৌবোই নিংলদুনা পীরে। থেবা অদু হেক পিরকপগা শগোলতোংবদুনা ঙমজবী থাদুনা শগোল অদু থৌখরে।



শাদানবনা কন্না চেন্দুনা তান্নে, তিংখ ত্তুনা তান্নে ফংননবা। অদুবু শগোলতোংবদু অসুম অসুম লাপথোকখিরম্মী। শাদানবনা লাউখি: "নঙবু তান্নখিগনি। হৌজিক্তি থেবদুগী মনা ওইনা ঐনা নঙবুসু ফংলগনি।"

# ইনাকখুনবা-অমসুং শঊলশুবা




ইনাকখুনবা অমগা শঊলশুবা (মোচী) অমগা য়ুমলোন্নে। শঊন নোয়বগী নমথিরবা মনম অদুদা খাঙবা ঙম্লক্তুনা ইনাকখুনবনা শঊনশুববু য়ুম হোংখিনবা কন্না তক্লে। শঊলশুবনা হোয় হোয় হায়জিন্নদুনা অদুম খাঙজিল্লী।



শুম লৈথরকপদুনা ইনাকখুনবদু মমৈদদি শঊলগী খাংঙমদবা মনম অদু কুইনা নমমকপদগী হৈনরক্লে নমথিবা ফাউরক্রে। য়ুম হোঙখ্রো অমুক হায়খিদ্রে।

# ক্বাক অমসুং লীন



কাচীন অমদা নুংশা য়াইদুনা তুম্লিবা লীন অমদা, মবুক লাম্লবা ক্বাক অমনা চানিংলদুনা পাইথরক্লুনা লাকই। লৈখৎলক্লুনা লীন অদুনা ক্বাক অদুদা চীকই শরুফংনা। লীনগী হুনা শিগদৌরবা ক্বাক অদুনা লাউরকই : 'কয়াদা ব্রারবা, হিংননবগীনি খল্লুবা, শিননবা ওইরম্লে'।

# নোংশা অমসুং উচি

তুল্লিবা নোংশা অদু, মমায়দা উচি অমনা কোয়চেন চেল্লরবদা তুম্বা কায়রে। শাওরদুনা উচি অদু ফারগা হাত্তোক্কে তৌরক্লে। য়াম্না নোল্লুকপগা লোয়ননা উচিনা হায়জে : 'ঐবু হাৎপিদ্রবদি, নঙগী থৌজালগী লমন ঐ শোয়দনা শিংজগনি।'

নো:শানা নোকখি অদুগা থাদোকখি



ইকুই কুইদনা নোংশা অদু শাদানবা খরনা ফারে। থৌরীনা কোয়কি কিশিন্দুনা থল্লে। মানা খোঙবদু তারদুনা উচি অদু লাক্কুনা থৌরী চীকথত্তুনা নোংশা অদু থাদোক্লে। অদুগা হায়রম্মী: 'নঙনা নোকখিবদো মতম অমা। কৈসু লৈত্রবশিংবুসু খরা মথাজবিয়ু।'

# মৈতাল য়োনবা অমসুং ফিশুবা

মৈতাল য়োনবনা ময়ুমদা মৈতালগী কারবার তৌই। নোংমা মাগী মরুপ ফিশুবদু থেংনৈ। মখোয় অনী লৈমিন্নরবদি ইনশাং লান্নদুনা নুংঙাইনা লৈবা য়ারগনি, য়ুমগী খরচ য়াম্না হনথবা য়াগনি, অনীমককী ওইনা, য়াম্না নুংঙাইনি, লৈমিন্নরসি হায়খি। ফিশুবনা খুম্মকই "মাদো কয়া নাতে চারোই। ঐনা ফি ঙৌনবা শুগনি, নংগী মৈতালনা মুশিলহনগনি"।



# শেকপী অমসুং খৈরোয়

শেকপী অমনা লৈপাক্তা তারকপদা খৈরোয় অমনা ফারে। চাথোককে তৌরক্লে। শেকপীনা কনবীয়ু হায়জে। 'ঐদি উচেক পুন্নমককী য়েক্লবনি' হায়দুনা য়াবীদ্রে। শেকপীনা হায় : 'ঐদি উচেক শুকনৎ নৎচদে, উচিনি।' 'ও উচি ওইরে, ফরে, ফরে।' হায়দুনা মপুন্সি কনবিখ্রে। খরা লৈরগা অমুকসু লৈপাক্তা তারে। খৈরোয় অতোপ্পা অমনা অমুক ফারে। চাথোককে তৌরক্লে। শেকপীনা কনবীয়ু হায়জে। 'ঐদি উচিগী য়েক্লবনি' খুন্নকখি। 'ঐদি উচি নচ্চদে' শেকপীনা হায়জখি। অসুম্না অমুকসু থাদোকপিরক্লে।





# লুখ্রাবী অমসুং মনাইনুপী



লুখ্রাবী অমগী মনাইনুপী পিশক অনী লৈরম্মী। ময়ুম মকে লু নান্না থম্বদা মখোয় অনী শিজিন্নৈ। অয়ুক অঙনবদা য়েন হেক খোংলকপগা লুখ্রাবীনা মখোয়বু হেক হেক হৌ-দোকই। খোংলক্লিবা য়েনদুদা মখোয়না শাউনিংখি। মখোয় অনী তান্নদুনা য়েন অদু হাত্তোক্লে।
য়েন খোংবা তারক্লুবদা লুখ্রাবী অদুনা নোংমা নোংয়াইদা মনাই অনীদু হেক হেক হৌদোকপা হৌরক্লে।

# শোরারেন অমসুং য়োং

শোরারেননা শাশিংদা খ্বাইদগী মচা ফজবা পোকপদা নিংথৌগী মনা পীগনি হায়না লাউথোকখি। ময়াম্না মাগী মাগী মচা ফজবশিং পুখৎলকখি। য়োং অমসুং মাগী মচা মনাতোন পাকপা, মতু হৌদবা, মুর্ত্তি শুদবা অমা লুনা চান্না তৌজদুনা পুখৎলকখি।

মদু উবদা শা ময়াম্না নোকখি। করেম্নবগী খুনোক অদু উবদা মানা হায়খি : 'শোরারেন্না ঐগী ইচাসিদা মনা পীগদ্রা পীরোইদ্রা ঐ খঙদে। অদুবু অসিমদি ঐ খঙই। মদুদি ঐগী মিত্তদি ঐগী ইচা অসিনা পুম্নমক্তগী হেন্না নুংশিজে, ফজে, অমদি মানা খ্বাই পুম্নমক্তগী হেন্না মগুন লৈবা হেল্লি।'



## খুনুথ্রং, উম্মাইবী অমসুং খুনু



উমাইবী উবদা খুনুশিংনা কিরদুনা খুনুথ্রংদা কনবিনবা হায়জখি। খুদক্তা খুনুথ্রংনা হরাওনা য়াখি। খুনু ময়াম মরক্তা খুনুথ্রংদু লৈহল্লে। অদুগদি উমাইবীনা চহী অমদা খুনু অমথক ফাদুনা চাবদু, খুনুথ্রংনদি নোংমদা অমদগী হেন্না অসুম হাত্তুনা চাখৎলক্লে।

# কাউনরিবা য়েনবা অমসু




য়েন কোল্লুপ অদুদা অনীনা কনবা তান্নরদুনা কাওনরি। কুইনা কাওনরবা মতুংদা অমদি কিরদুনা চেল্লে। কাচিন অমদা লোৎতুনা তুমিন্না লৈ-খ্রে। মায়পাক্লবা য়েনবাদুনা অব্রাংবা শম্বল অমদা পাইখৎলদুনা, মশা খপ্নি, ঙমজবী খোঞ্জেলদা মখৌ পোঙনা খোংঙি। তাঞ্জা অদুদা নোংথক্তা পাইরম্বা লাঙজা অমা পাইথরক্তুনা খোংলিবা য়েনবা অদু ফারগা মখোঙ খোঙশানা চপতুনা পুখ্রে। লোৎতুনা লৈরম্বা য়েনবা অদু থোক্লকলগা অমুক খ্বাইদগী কনবা ওইখি।

# লানগী শগোল অমসুং মিলগী শগোল

চহি য়ামশিল্লক্লবা লানগী শগোল অমনা লালদগী পোখারদুনা মিলগী কোলু চিংবগী থবক্তা চংখি। কেলীচিংনা চিংনা লানগী ব্রাখল লাকখি। 'হে মিলগী মপু, ঐ লানফমদা চোংশিন চোংশিন্দুনা চেনগদৌবনিদকো, অদুবু হৌজিক্তি ইশা অসি য়োৎলি থাংজিল্লেদো, ইতুংদা মী অমনা কোয়ইন ইন্নরেদো! করিগীদমক্তা লান পামদদুনা কোলু চিংবা পামজরুবা! মিল মপুনা মঙোন্দা হায়খি: 'খাংঙু, থায়নগী ব্রাখল তৌর তৌরগা। লাইবক হায়বসে অকা অকুম নাইবনি, শিগদবা ঐখোয় পুন্নমককীদি।'



# লমহূই অমসুং য়োং

শা ময়ামগী সভা মাংদা য়োং অমনা জগোই শাখি। জগোই অদুদা নুংঙাইমনখ্রদুনা শাগী সভানা য়োং অসিবু নিংথৌ হাপ্লে। লমহূইনা মদু কল্লকখি। লাং অমদা থল্লিবা শদুম মচেৎতুগী মনাক্তা য়োং অদুবু পুশিল্লগা মানা হায়খি— 'মসে ঐনা থেংনরুবনি অদুবু ঐ চাথোক্তে। ঐখোয়গী লৈবাক্কী লন ওইনা থল্লিবনি, নখুৎনা অমুক্তা পায়য়ু। 'থৌশাদনা য়োংনা পায়। অদুদগী চপপ্রে লাংনা। লমহূইদুদা চৈরকখি। লমহূইনা খুমখি, 'হে য়োং, অদু খঙদবা নঙনা শা পুম্নমককী নিংথৌ করম্না ওইগদৌরিবা!'



# শগোল অমসুং শগোল তোংবা লানমী



শগোল তোংবা লানমী অমনা মাগী শগোলদুবু ওনথোক্লা লুনা তৌজে । লান তৌরিবমখে মাগী লেংদ্রবা মরুপনি অথু-অকাই পুনমক্তা। য়াম্না পীজে, য়াম্না নোয় পেলহল্লি । লান লোইখ্রবা কান্দদি থোইনা থৌশাখিদে। ব্রাইকুপ্তগী হেন্না পীজখিদ্রে। পোৎলূম পুহল্লি, উ চিংহল্লি, চৈ থাংজিল্লি, ফুসু ফুজিল্লি তোয়না তোয়না। লানগী মতম অমুক লাক্লে।

লানমীদুনা শগোল অদু লানগী ফিজোল অমুক থোনজিল্লে, খুৎশু-খুৎলাইগী পোৎলূম য়ানশিল্লে। অরুম্বশিংদু পুবা ঙমদ্রদুনা শগোল অদু কুল্লে। মপুদুদা মানা হায়খি:- 'নঙ হৌজিক খোঙনা লান চংবা তায়, মরমদি শগোল ঐবু গধা ওনহল্লে। ঙহাক্তংশিদা করম্না গধা অমবু শগোল ওলহনবা ঙমগনি।

# ব্রাইখু অমসুং মপী

ব্রাইখু মপীনা মচানুপাদা হায়: 'করিগীনো নঙনা পৈনা পৈনা চৎলিবদুবো ? চুম্না চৎপনা য়াম্না চীংলেম্বনে।' ব্রাযখু মচানা খুম্মী: 'য়াম্না চুম্মী ইমা। নঙ অমুক্তা চুম্না চৎলু, অদু ওইরবদি ঐসু শোয়দনা চৎচগে।' মপীনা চৎনবা হোৎনৈ, অদুবু য়াদ্রে। 'ইচানা হায়বা চুম্মী' হায়খি।



# হনুবা অমসুং যম



হনুবী অমনা শীং কোকথোং অমা মকোক্তা লূন্না পুরদুনা কৈথেলতন্না য়োল্লুনবা কারকখি। শাঙনা চৎলকপদুদা ব্রারদুনা পোৎলূম অদু থাদরগা লম্বী ময়াদা পোথাই। 'হে যম কৌবা লাই' হায়না স্বর চনিং চমাঙ শন্নদনা কৌখি। কৌবদু তারদুনা খুদক্তা যম কৌবা লাইদু থুংলরে। 'করিগী কৌবনো অহল ?' হঙখি। হনুবীনা খুল্লকখিঃ 'পোৎলূম অসি কোকথক্তা অমুক্তা থোনগৎপিরম্মু।'

# মচানুপী অনী

নুপা অমনা মচানুপী অহলনা মালীদা, অতোনবীনা চেকশাবদা থাজে। লুহোংখিবা চহী খরগী মতুংদা মচানুপী অহনগীদা চৎলুই, করম করম পাল্লী য়েংলুই। মচানুপী অহন্না হায়: 'বাজী, ঐ য়াম্না নুংঙায়জরি। তৌবতবু লৈ-শু থাবগী থবক অসিদা ঈশিং চাইবা ব্রাদনবা নোং মরাং কায়না তাহনজনিংঙি।'



খর লৈরগা মচানুপী অতোনবীগীদা অমুক চৎলুই। মাসু হায়রকখি: 'বাজী ঐ য়াম্না নুংঙাইজরি। তৌবতবু চেক শাবগী থবকসি নুংশা য়াম্না দরকার ওই, নোং চীংগা খক তাহঞ্জনিংদে।

মপানা খুমখি: 'নচেনা নোং তাহন্নিংঙি, নংনা তাহন্নিংদে। কনাগী মীচংবু চঙশিগেনে?'

# হুরানবা অমসুং মমা



নুপামচা অমনা স্কুল তম্মিন্নবা মমান্নবা অমদগী লাইরিক হুরান্দুনা পুরকখি। মমাদা পী। মমা শাউদে, থাদুম থাগৎলি, 'লৈবগা ঙমদবনে, ফনবু ফরে ইচাসিদি।' মথংদা ফুরিৎ হুরানল্লকখি। অদুসু মমানা অদুম হরাউই লৈবা ঙমদবদুদা। নুপা মচাদুনা পাখঙ ফারকপদদি পোৎচাউ কয়া হুরক্লে। মমৈদা নোংমদি হুরানবা ফারে। শিবগী দন্দি ফংলে। ফাঁসী তৌফম তাম্না মীয়াম মরক্তা পুবদা, মমাদুসু ইল্লকখি কপ্লদুনা। পাখঙদুনা মমাদা করিগুম্বা অমত্তা লোন্না হায়জরমখিগে হায়জে। য়ারে। মমাদু মনাক্তা চংশিনহল্লক্লে। নকশিল্লকপদা মমাগী মনাদু চিকথৎলে। মমানা নারদুনা চৈরকপদা মানা হায়খি: 'ইমা, ঐনা অহানবা লাইরিক হুরাল্লকপা মতমদুদা ঐবু চৈবিরম্লবাদি ঐ ঙসিগী ফিভমসি য়ৌরোইদৌবনিদো'

# চফু অনী

তুরেল অমদা চফু অনী ঈরৈ মরক্তা তাউথরি। অমনা লৈপাককীনি, অমনা পিগ্রাইগীনি। লৈপাককী চফুদুনা পিগ্রাইগী চফুদুদা হায়: 'লাপ্পা লাপ্পা তাউথনসিকো নকশিন্নগনুসিকো; মরমদি হেক নক্লবদা নংনা থেংলকপদা ঐ কায়গদৌরিবা। ঐ ননাক্তা শুকনক নক্লিংদে।'



# শেন্দ্রাং, লীন অমসুং ব্রায়েলশঙ

দেশ ব্রাংমা লাম্না পাইরুরবা শেন্দ্রাং অমনা মীরক্তা লৈনিংখি। ব্রায়েলশঙ অমগী ফক্লাং ময়াদা মকোন শারে। মরুম কোক্লদুনা মচা তরেৎ য়োকপা হৌরক্লে। ফক্লাংগী অহোবদা কাখৎলকপা লীন অমনা শেন্দ্রাংমচাশিংদু, মপী লৈত্রিঙৈদা, থেংনরুদুনা চাথোক্লে। শেন্দ্রাং মপীনা হঞ্জিল্লকপদা মচাশিং লৈরমদ্রবদা কপখিঃ 'অব্রাবনি, নৌনা লাকপা ঐঙোন্দদি! অচুম্বা বিচার তৌদুনা ফংফম থোকপা অধিকার ফংফম অসিদা, ঐগী বিচার তৌবিনবা কনাসু লৈজদে।'



# য়াউশেনবা অমসুং কৈশাল

য়াউশেনবা অমনা কৈশাল মচা অমা য়োকখি । খর খর চাউরকপগা লোয়ননা মীগী য়াউ শঙ্গুদগী য়াউমচা করম্না হুরানগদগে হায়বসি খরা খরা তম্বীবা হৌরকখি । কৈশাল মচাদু য়াম্না থুনা য়াউমচা হুবা হৈরকখি । লোয়ননা, য়াউশেনবদুদা মানা হায়খি: ‘নঙনা হুরানবা তম্বীরবনিনা, হৌজিক্তি নঙ নমিৎ ননা য়াম্না শিংবা তারেদো । নত্রবদি নঙগী য়াউমচা অমমম মাঙখিবা য়াই ।’



# শাদানবা অমসুং ঙাফাবা

শাদানবা অমনা মাগী হূইয়ামগা লোয়নননা হল্লকপদা তান চারুদুনা ঙা য়াম্না ফারক্লবা ঙা ফাবা অমগা থেংনরম্মী। শাদানবনা ঙা খরা পাল্লম্মী, ঙা ফাবসু শা খরা পাল্লম্মী। নোংম নোংমগী ফানরকপদগী খরা খরা



ওল্লাসি হায়না য়ানরম্মী। অসুম্না নুংতিগী য়েন্নরম্মী। য়ুমলোম্নবা অমনা মখোয় অনীদা হায়খি: 'খরা লৈরবদি নখোয় অনী শাদানবনা ঙা ফাবা ওইরনি, ঙাফাবনা শাদানবা ওইরনি। অদুদগীদি শাসু ফাররোই, ঙাসু ফাররোই।'

# কৈশাল অমসুং য়াউ

হূইয়াম্না চীকপদগী কৈশাল অমা নারদুনা কুন্দুনা লৈরে, মতু মরাং ইফা ফারদুনা। অরাম থৌরাংবনসু লোইরে। অরাপ্পদা চৎলম্বা য়াউ অমদা মানা কৌরদুনা অনকপদা চেল্লিবা তুরেল মচাদুদগী ঈশিং খজিক্তং পুবিরকনবা হায়জখি। অসিমসু হায়খি: 'নঙনা ঈশিংবু পুবিরক্লবদি অতে চানবদি ঐনা থোকপা তৌজগে।' য়াউনা খুমখি: 'হোই, হোই, ঐনা ঈশিং পুরক্রবদি নঙনসু ঐগী চানবা পীবিগনি।'



# হূইনা চীক্লবা নুপা



হূইনা চীক্লবা নুপা অমনা কনাদা লাইয়েংলুসিগে হায়না খল্লি। মরুপ অমা থেংনরে। মাগী ফিভমদু উবদা ফনবনি হায়দুনা মরুপতুনা হায়: 'নঙনা ফনিংলবদি, তল মচেৎ অমা চীকফমদুদগী খোক্লিবা ঈদুদা লুপলো, হূইদুদা পীজরু।' নোক্লদুনা নুপাদুনা হায়: 'অদুম তৌরবদি সহরসিদা লৈরিবা হূই পুম্নমক ঐঙোন্দা চীরুবা বাগুন তৌবা তারিনে।'



# নাইতোম তাথ্রবী

লংফৈ চংপা নুপা অমনা অসুম চংলকপদা মরুভূমী অমা য়ৌরক্লে। কনাসু লৈত্রবা ইচীক চীক্লবা মফমদুদা নুপী অমা মথন্তা মকোক লুকথরদুনা লেপ্লম্মী। মফম চাদনা অৱাবা শক্তমদা লৈরম্বী নুপী অদুদা লংফৈ চংপদুনা কনা ওইরবনো হায়না তপ্পা হঙলম্মী। নুপী অদুনা খুম্লম্মী 'ঐগী মিং অচৎবা কৌই।'

'মীয়াম মরক্তদি লৈত্রদুনা মী অমত্তা লৈত্রবা মফমসিদা তুমিন্না নথন্নতা লৈরিবদি করিগীনো?' নুপাদুনা হঙভি।

নুপীদুনা খুম্মী 'মতম অমদদি মীনম্বা ঙাংবা মী মশীঙ য়াম্লমদে। হৌজিক্তি তারবসু তাত্রবসু মীনম্বা ঙাংদবা মী অমত্তা লৈত্রে। ঐ মফমদুদা লৈবা ৱারে।'



# হারৌ অমসুং মকু

নুমিদাং চাক্ত্যাবা, অয়ুক নুংথিল ভুম্বা মকুনা হারৌনা-খোংবদু তাবদা ভুম্বা য়াদ্রে। হারৌদুদা অয়ুক নুংথিল খোংদনবা হায়খি। হারৌনা য়াবা লৈতে, হৌনা হৌনা খোংঙি। শাউনিংলবা মকুনা তাৎ অমা তৌরকই।



মানা হায়, 'হে হারৌ নঙগী বীনাগুম্না নুংশিরবা খোঙ্জেলদু তাবদা ঐ, ভুম্বা য়াদ্রবনিনা, ঐ খোইহ্ই থক্কুনা লৈবা তারে। নঙসু থক্লিংলবদি লাউদনা থকম্মিয়সি।' লামগা লাম্বনে, খোঙ্জেল নুংশিনগা হায়রকপনে; হারৌনা মকুগী নাক্তা পাইখৎলম্মী। মনাক হেক য়ৌবগা মকুদুনা হারৌদু হাত্তোকলে।

# লমহই অমসুং ক্বাক



হয়াম্নকপা শদুম মচেৎ অমা ময়ানা চিক্রদুনা ক্বাক অমা অক্লাংবা উশা অমদা ভোংলমী। লৈখাদা চৎলিবা লমহই অমন্যা ক্বাক অদু উরে, শদুম অদু চানিংলে। লমহইনা হায়রকই:'হে ক্বক, ফিভমনে কুচুনে নঙসে কয়াদা ফজব্রবা! নখোঞ্জেলতংদগা নুংশিবম্নবদি নংসে উচেক পুম্নমক্কী নিংথৌ ওইরদৌবনিদো!

'রাঙাংদু তাবদা ক্বাকনা নুংশিবা খোঞ্জেলদা অমুক্তং খোংগে খনখি। শদুম মচেৎতু থাদোক্লদুনা খোংবা হৌরকখি। লমহইনা শদুম মচেৎতু খুল্লে অদুগা হায়রকখিঃ-'হে ক্বাক, নখোঞ্জেলদুদি নুংশিরে, নরৌশিংদি লৈভেদা!'

# অনাবা উমাইবী

উমাইবী অমা নাদুনা শিগদৌরে । মমাদা মানা হায়জেঃ- 'ইমা কপকনু, ঐ পুন্সিনবা লাই খুরুম্মু ।' মমানা খুম্নকইঃ 'কনা লাইনবু নঙবু নুংশিবিগদগে ? নঙনদি লাইদা কৎপশিংদু লাক লাক্তুনা চাথোকউইদো !''



# শান্নরিবা গধা

গধা অমনা চেককী য়ুম টাইলনা কুপ্পা অমগী মথক্তা কাদুনা শান্নরম্মী। মশা অদু নিক্তুনা শান্নবদা টাইল মচেৎশিংদু কায়রম্মী। য়ুম্বুনা খঙলক্তুনা পরপ পরপ কাখৎলগা গধা অদু তানথরে অদুগা চৈতুপনা শাথীনা ফুবা হৌরক্লে।



গধানা হায়জেঃ 'ঙরাং য়োংদুনা কাদুনা শান্নবদদি নঙনা করিসু তৌদে। নোক্তুনা হরাউনা য়েংখি।'

# লুখ্রাবী অমসুং য়াউ

লাইরখ্রবী লুখ্রাবী অমগী মতু চোন্নবা য়াউ অমথক্তং লৈজরম্মী । মতু কোকপগী মতম লাক্লবদা শমককপা মীদি নেকপা ঙমজদদুনা মশানা হেক্তা মতু কোক্লম্মী । মতু কোকপা হৈতবদগী শদোং য়াউনা কক্লুদুনা য়াউ অদু ঈ তারক্লে । নাবা খাঙলদুনা য়াউ অদুনা লুখ্রাবী অদুদা হায়জরম্মী : 'ইবেম্মা, ঐবু ঈ তাহনবা করিগীনো ? ঐগী ঈদুনা ইতু অদু কয়া য়াম্না লুম্বা হেলহনগনি ? ঐগী শদুম পান্নগনা শাহাৎপা কৌবিয়ু । ইতু পান্নগনা শমককপা থিবিয়ু । ঐবুদি শোকহনবিগনু ।'



# লমলকক্কী গধা অমসুং নোংশা

লমলকক্কী গধা অমগা নোংশা অমগা মরুপ শান্নে। জঙ্গলগী শাশিং লায়না ফামিননবা থৌরাঙ তৌই। নোংশাগী পাঙ্গল গধাদা হাপ্লে, গধাগী লমজেন য়াংবগী শক্তি নোংশাদা হাপ্লে। মথোয় অনী চঙদুনা শা মতিকচানা ফাবা ঙম্লে। নোংশানা শরুক অহুম থোক্না য়েনখোক্লে' মানা হায়



'অহানবগী অসিনা নিংথৌনিনা ঐগী ওইবা তারে। অনীশুবা অসিনা শাদানমিন্নবগী ঐগী শরুক ওইবা তারে। অহুমশুবা অসি নঙ হৌজিকমক থনম্লগা চেনখিদ্রবদি নঙগী অরা পোৎলূম শোয়দনা ওইরগনি য়াংনা চেলহৌরো।'

# শঙ্গোলদা শজি লাবা

কিনা চেল্লক্লবা শজি লাবা অমনা শল ময়াম লৈরিবা শঙ্গোল অমদা লোৎলগে হায়দুনা চংজরক্লম্মী। শল্লাবা অমনা হায়: 'হে তোল্লবা জীব, নখোঙনা থোংনা য়েক্লবগী য়ুম অসিদা করিগী চেনশিল্লক্লিব-নো ?' শজি লাবনা খুম্মী, 'ঐনা মচি অসিদা লোৎচবদা নখোয়দা করি কায়বগে ? চেনথোকখিনবা তাঞ্জা অমত্তং ঙাইজবদনি।' নুমিদাংব্রাইরম য়ৌরক্লদুনা শলশেম্বনা শজিক হাপ্পা চংঙকই। শৎ শৎ হাপল্লগা চৎব্রে। শজি লাবা হরাউজৈ। খুলগী চৌকিদারনা শল মশিং শুরব্রা য়েংবা অমুক চংঙকই। অদুদসু শজি লাবা নানথোকহৌরে। য়াম্না হরাউজৈ। অহল ওইরবা শল্লাবা অমনা হায়: 'মমিৎ চাম পানবা অমা লাকখিনি, অদু লাক্লুনা চৎখিদ্রিফাওবদি নঙগী অব্রাবা লোয়দ্রি।' হায়গুল্লদুনা শনবু লাক্লুনা কুপ্পা য়েংলরে। শজিক ময়েং য়াম্না তামনবদুদা হাইদোক্লুনা য়েংলকপদা শজি লাবগী মচী উথোকখ্রে। মাগী থবক শুবা মীয়াম কৌথোক্লুনা ফারগা হাত্তোক্লে।



# লৌউবা অমসুং ৱাইনু

ৱাইনু খরনা ফৌ চরোং য়াম্না পাল্লবা লৌবুক অমদা হেক হেক চাক্তায় । খঙলক্লদুনা লৌউবনা গুলেন য়াওদবা লাং খরা লৌবুককী মচি মচিদা য়াল্লী । ৱাইনুশিংনা চুম্না য়ানজবনি খন্দুনা থৌশাদ্রে । অদুম চাক্তায় । লৌউবনা মরম খঙলদুনা লাং খুদিংদা গুলেন মতিকচানা হাপচিল্লে । হন্দক্তি ৱাইনু য়াম্না শিরে । লেমহৌবশিংনা লাপ্না পাইখ্রে । পাইরমদাইদা হায়রম্মী: 'মরৌশিং লৈজদবা লৌউবশিংগী লৌবুক্তা চৎলসি, মসিগী লৌউবসিদি য়াম্না মতিক মগুন লৈমনগ্রে ।'



# শাগী নিংথৌ অমসুং ঙাগী নিংথৌ

শা পুন্নমককী নিংথৌ নোংশা অমনা সমুদ্র তোর্ব্বান্দা অসুম চৎলিঙৈদা সমুদ্রগী ঈথক্তা মকোক থিনগৎলকপা ঙা পুন্নমককী নিংথৌ দোলফিন অমা থেংনরম্মী। নিংথৌ অনী ঈঙ্গিৎ তৌনদুনা মরুপ শানরে। অমনা অমগী অৱাবদা মতেং পাংনসি য়ানরে।



ইকুই কুইদনা নোংশা অদুনা লমশল অচৌবা অমগা লানথেংনবদা দোলফিন অদুগী মতেং নিরম্মী। কংফান্দা কারকপা ঙমদবা দোলফিন উপায় লৈখিদে। শাউরদুনা নোংশানা বিশ্বাস ঘাটক হায়না চৈরম্মী। দোলফিন্না খুম্নকখি: 'মরুপ ঐবু ৱারৌবীগনু, ঐনা নিংথৌ ওইজবদি সমুদ্রদনি, কংফান্দদি নত্তে।'

# নোংশা অমসুং ওকলাবা

কালেনগী অয়াকপা নুংশা মরক্তা গুহা মচা অমা তম্না খোৌরাংলবা নোংশা অমগা ওকলাবা অমগা চপ মান্নবা থুংমিন্নরম্মী। কনানা হান্না থককনি অসিনি। খৎনরে, ফুদৎনরে, কাওথৎনরে। অনীমক শিরমদাইগী ফিভমদা লৈরে। অমুক চোংশিন্নরগে তৌরকপদা নোংথক্তা লাংজা কয়া মখোয়গী অশিবা মশা শেত্তুনা চাগদবগী ঙাইদুনা লৈবা উরে। নোংশাগা ওকলাবাগা খৎনবা তোক্লে। মখোয় অনীনা হায়খি: 'লাংজানা, ক্বাক্বা চাখিগদৌবগী শরুক ঐখোয় অনী মরুপ ওইরসি।'



# মমিৎ নামা তাঙবা শজি

সমুদ্র তোর্ব্বান অমদা শজিক চারিবা মমিৎ নামা তাঙবা শজি অমনা অউবা মিত্তুনা কংফাললোমদা য়েংঙি মশা কঞ্জনবগীদমক। উদবা মিত্তুনা সমুদ্ররোমদা ওনশিল্লি সমুদ্রদগীদি করিসু কিনিংঙায় লৈতে খন্দুনা। সমুদ্রদা হি তোংদুনা লাকপা মী খরনা শজিদুবু উরদুনা অপায়বা খুৎলাই অমনা শজি অদুদা মপা চুম্না লংলে। শিগদৌরবা শজিদুনা তেংথাখি: 'ঐসে কয়াদা তোল্লবা! করিসু তৌরোই খল্লুবা সমুদ্ররোমদগী ঐগী থব্রায় মাঙলেদো।'



# য়াউশেনবা অমসুং সমুদ্র

য়াউশেনবা অমনা সমুদ্রগী তোর্বান্দা য়াউ ময়াম শেন্দুনা লৈরম্মী। সমুদ্রনা মবুক তপ্পা ঈঙনা লৈবদু উবদা হি তোংদুনা কোয়নিংলম্মী। য়াউ ময়ামদু য়োনথোক্লগা হি অমা লৈরে, থাংতুপ পীক থন্না হাপচিল্লে। মদু য়োল্লবদি মা শেল য়াম্না ফংগদৌরিবনি। সমুদ্র ঈয়ায় য়ৌরবা কান্দদি নোং নুংশিৎ হৌরক্লে। হি অদু লুপকদৌরে। লপ্লোনপোৎ পুম্নমক হুনথরম্লগা অহাওবা হিদুদা থন্নায়তং হিংননবা তোর্বান্দা হঞ্জিল্লক্লে। থরা লৈরগা মনাক্তা চৎলম্বা নুপা অমদা মানা হায়খি: 'য়েংঙু ঈমায় অসে ঈংঙিদনা, তপ্পিদনা ! থাংতুপ চানিংদুনা তৌরিবনি।'



# গধা, য়েন্বা অমসুং নোংশা

চরু পৈফম অমদা গধা অমগা য়েন্বা অমগা লৈমিন্নরম্মী। লামলবা নোংশা অমা মফম অদুদা য়ৌরক্লে। নোংশা অদুনা গধা অদু তন্না চোংশিনগে তৌবা মতমদুদা য়েন্বা অদুনা হৌনা খোংলম্মী। মখোল অদু হৈনত্রদুনা নোংশা অদু মমায় ওন্দুনা চৎখিরম্মী। য়েন্বানা খোংবদা কিদুনা চেল্লবা নোংশাদুবু গধাদুনা উশিৎলমদে। মতুংইন্দুনা তানরম্মী। ইরাপ্পু লাপত্রি, নোংশাদুনা গধাদু লাকুনা হাইহৎলগা মচেৎ মচেৎ শেগায়রে।



# শঙ্গোম য়োনবী অমসুং শঙ্গোম চফু

লৈবাক্লা শাবা চফু অমদা শঙ্গোম পীকথন্না হাপ্লগা মকোক্তা থাঙ্গৎলদুনা য়াম্না নুংঙাইনা লম্বীদা শঙ্গোম য়োনবী অমা চৎলম্মী। 'শঙ্গোম অসি য়োল্লগা য়েরুম চহুমদি লৈবা ফংগনি। য়েন্নাউ চনি য়াংখৈদি শোয়দনা ওনগনি। মপী ফারক্লগা য়েন তাংবা মতমদা য়োল্লবদি ঐগী ফিগে ফনেক অমগা মুগাগী ইন্নফি অমগদি শোয়দনা লৈবা ঙমগনি। মাদু শেৎলগা কুম্মৈ চৎপদা নুপী খরনা অমুক্তা ব্রায়গে শোয়দনা হায়গনি। মদুদা ঐনা 'মাই' হায়দুনা কোক হাইগনি।' তাঞ্জা অদুদা মকোক হাইরম্মী। চফু অদু লৈবাক্তা তাদুনা কায়রে। শঙ্গোম লোইনা মাঙলে।



# কৈশাল অমসুং অয়োকপা হূইজাউ



অয়োকপা হূইজাউ অমদা কৈশাল অমনা হংলম্মী: 'নঙদি কনানা পিজ পিথক তৌই ? নঙক্তা কুরাউ হং পানশিন্দুনা পোৎলূম কয়া চিংহল্লিবদুনা কনাননো ?' হূইজাউনা খুম্মী : 'মপুনা'। কৈশালনা হায় : 'ঐগী মরুপ অমত্তা অসিগুম্বা ফিভমদা লৈতসনু । অরুম্বদু চিংনবা হোৎনবদা চানিং থক্লিংবা অমত্তা পোক্লরোই।'

# তুরেল অমসুং সমুদ্র

তুরেল পুন্নমক মিটিং তৌরগা সমুদ্রদা হ্রাকৎলি: 'ঐখোয়না হরাউ হরাউনা নঙগী ঈথক মরক্তা চংজরুই। অদুগা ঐখোয়না পুরকপা হাউরবা ঈশিংশিংদু নঙনা থুমহি ওনথোকই, কনামত্তনসু থকপা য়াহন্দে। সমুদ্রনা মরাল থংদোক্লদুনা খুন্নকই : 'ঐঙোন্দা চংবিরগল্লনু। অদু ওইরবদি থুমহি ওইররোই।



# লমওক অমসুং লমহূই

লমওক অমনা উথা অমদা কুনথরদুনা উদুদা মচী ফেংঙি। মনাক্তা চৎলম্বা লমহূই অমনা হায় : 'শাদানবসু লাক্তে, হূই লাকপসু উদে, করিগীনো নচী অদুক কন্না ফেংলিবদুবো ?' লমওক্না খুম্মী : 'ফেঙবা তাবনি, দরকার হেক লাকপগা শীজিন্নবা।'



# হূই হনুবা

নহা ওইরিঙৌদা ল্যাম্বা থিংদবা হূই অমনা হনুরক্লবা মতমসিদা ওক অমা কম্না তান্নরম্মী। ফংদুনা ওককী মনাদা চীকই। অদুবু ন্রানথোক্লুনা ওকতু চেনখ্রে। মতুংদা তান্নরক্লিবা হূইবু অদুনা মাদু উবদা, হূই অদুদা শাথীনা চৈ থাংলে। হূই হনুবদুনা কিরপ য়েংখৎচরগা হায়খি: 'ঐ ইরালদি লৈজদবনি। থৌনাদি হঞ্জদবনি, য়া য়ারক্তববু ঐনরা ? নুংশিবিফম থোকইনা।'



# লাংজা অমসুং তেন

অব্রাংবা চীংদোন অমদা থেবা অমা ফাননবগীদমক লাংজা অমা কৃপ্না শেম্নদুনা কুন্দুনা লৈরি। শাদানবা অমনা লাংজা অদু তেন্না থাদুনা হাংকদবগী নারোন্দা শেম শারি। শাদানবগী খুদোংচাবা ফংলে। মানা কাপ্পা তেন্না লাংজাগী থজিন্দা চপচানা পাল্লে। শিগদৌরবা লাংজানা তেন অদুদা য়েংবদা মাগী মতুনা শাবা তেন ওইরম্লে। মানা লাউরমখি: 'ঐগী অব্রাবসি অমখক্তা নত্তে,



অনীনি: শিবগী অমা, অতোপ্পনা ঐগী ইশাদগী কেনখিবা ইতুমক্কী তেন্না পানবগী।'

# শিনমী অহুম

মমাংঙৈদা লৈবাক অমা য়েক্লবনা লান্দাররক্লে। লৈবাক অদুদা লৈরিবা মীয়াম্না মরৈবাক করম্না কনশিগে খন্নে। চেকশুবশিংনা হায়: 'চেকপলনা খাজিনবনা খ্বাইদগী ফৈ।' উ-শুবশিংনা হায়: 'উগী বীম অচৌবশিংনা খাজিনবনা ফৈ।' শউল তুবনা হায়: 'শউলনা কুপশিনবনা খ্বাইদগী হেন্না কান্নগনি।'



# গধা অমসুং লাইগী মুর্ত্তি

শহরগী লমজাও শোরোক অচৌবা অমদা উনা শাবা ফজরবা লাইগী মুর্ত্তি অমা অচৌবা মন্দির অমদা থম্লুনবা গধা অমগী মনঙন্দা পুহল্লম্মী। লম্বী চৎপা মী পুম্নমক্না লাইগী মুর্ত্তি অদু উবদা কোক নোনথদুনা হেক হেক খুরুম্লম্মী। গধাদুদি মঙোন্দা খুরুম্লিবোই নীংলম্মী।



চাউথোকচৈ, চীং লেমজে। গুহাকসু লেপ্তুনা লৈথোকই। মানা চৎতবদু উবদা মপুদুনা শাজেনা শেৎ শেৎ কল্লগা হায়খি: 'মীনা কৈদৌঙৈদসু গধাবু খুরুমদেনে বুদু।'

# নোংশা অমসুং শললাবা অহুম

শল লাবা অহুম পুন্নপ পুন্নপ শজিক চামিন্নে। নারক্তা লোৎতুনা লৈবা নোংশা অমনা মখোয় অহুম খাইদোক্নবা ৱাই- অমমম লাক্তুনা চাগদবগী। অদুবু খাইদোকনবা ইউ উদবদুদা নীংবা কায়দুনা অসুম লুমদুনা লৈ। তাৎ-পাৎকী লৌশিং শিজিন্নদুনা মমৈথংদা নাইতোম তান্নহল্লে। অমমম লাক্তুনা পোৎথা পোৎথা নুমীৎ কয়ানিগী চরা তম্নে।



# হূইবু অমসুং হূইয়াম

ইথৎ মচা অমদা নুপা অমনা য়াউ, হামেঙ, শল অমসুং হূই কয়ামুক লোইরদুনা নুংঙাইনা লৈরম্মী। নোং নুংশিৎ কম্না তৌরক্লবা মতমদা মাগী ইমুং-মনুংগী চান্ থক্লবা লৈশিল্লক্রে। অহানবদা য়াউ হাৎলি, মথঙদা হামেঙ হাৎলি। নোং-নুংশিৎ লেপ্পা মরৈরক্রবদা শলদুসু হাৎনবা থৌরাং তৌরক্রে। মদু উবদা হূইয়াম্না খন্নে: 'ঐখোয় চেলহৌরসি, শলগী মথংদা ঐখোয় অমমম শিবা শোয়দ্রে।'



# কৈশাল অমসুং য়াউশেনবা

য়াউশেনবা খরনা খাংপোকশঙ, অমদা নুমিদাং চাক চামিন্নরম্মী। হাউর-হাওরবা শা-ঙা কয়া থোংবগী মনম ফংলবা কৈশাল অমা খাংপোকশঙ মনুংদা চংশিল্লক্লগা য়াউশেনবশিংদুদা মানা হায়খিঃ ‘ঐবুসু চাবা য়াওহল্লু, শদুমশিংদু ওনথোক্লা হাউবা হেনগনি।’



# ফাবা ঙমহৌদ্রবা নোংশা

লৌউবা অমগী শম্বল নিংথিনা খাজিল্লবা লৌতাংশঙ অমদা মতৈ-মনাও য়াউ কয়া, শল কয়া লোইরদুনা নুংঙাইনা লৈরম্মী। কোনথোং ফজনা পাল্লী। শা-শল অমত্ত লিৎথোক্কনা চৎখিবা ঙমদে। নোংমা কোনথোং অদু হাংলিঙৈদা নোংশা অমা চংশিল্লকখি। লৌউবদুনা নোংশা ফারগে খনখি।

কোনথোং লোনশিল্লি তুমিন্না। কোনথোং লোনশিনখ্রে খঙলবা নোংশানা য়াউশিংদা চোংশিন্দুনা হাৎপা হৌরক্লে। শল মরক্তসু চোংশিনগদবগী থৌরাং তৌরক্লে। কিরক্লদুনা লৌউবনা কোনথোং লাওনা হাংদোক্লে। নোংশানা চেনথোকখ্রবদা শিহৌরবা শা-শলশিংদু উবদা কপ্লিংখি। কুম্নে য়েংদুনা লৈরম্লিবা মাগী নুপীনা হায়খি: 'অরাপ্পদা নোংশানা খোংবা তাবদা কপলাক নিকপা নহাক্লা, করিগী নোংশা ফানিংলুবা!'



# লমহূই অমসুং উয়ানবা

শাদানবা খরনা হূইয়ামগা লোয়ননা লমহূই অমা তান্নরম্মী। মাঙদা য়াঙনা চেনখৎপ্রবা লমহূইনা উয়ানবা অমা থেংনরদুনা মথৱাই কনবীয়ু হায়জখি। উয়ানৱনা মাগী খাংপোকশঙদা লোৎহল্লে। শাদানবশিং য়ৌরক্লবদা উয়ানবদা লমহূই অমা উব্রা হংখি। উয়ানবনা মচীন্নদি উদে হায় মখুৎনদি মাগী খাংপো-কশংদা থীল্লি। শাদানবশিংনা মখুৎকী ঈঙ্গিৎতু থৌশারমদে, মচীন্না হায়বদুদা থাজরদুনা মায়গৈ অতৈদা থিবা চৎপ্রে। শাদানবশিং চৎপ্রবদা লমহূই অদু তুমিন্না থোরক্লগা চেনগে তৌরক্লে। তাঙ্গা অদুদা উয়ানবনা হায়: 'নথৱাই কনবিরগা ৱাহে অমত্ত হায়রমদনা চেল্লগেরা ?' লমহূইনা খুম্মকখি: 'নচীনগা নখুৎকা মান্নদবা নঙবু ঐনা করিগী ব্যবহার তৌফম থোকই ?'



# গধা অমসুং মমি

গধা লোইবা অমদগী লংফৈ চৎপা অমনা পোৎ পুননবা গধা অদু ব্রায়রম্মী। কালেনগী শারবা নুমিৎ অদুদা মখোই অহুম ভুংথ-মাংথ অসুম চৎলি। নুংশা শামনগ্রবদুনা ঙহাক্তং পোথাল্লম্মী। পোথারিঙৈ মতমদা লংফৈ চৎপনা গধাগী মরুমদা ফম্নিংলম্মী। গধা মপুদুসু ফম্নিংলম্মী। মখোই অনী গধাগী মমি অদু মুন্নবা হৌরক্লে। গধা লোইবনা হায়: 'ঐনা শানবদি গধাদনি মমি য়াউদে।' লংফৈ চৎপনা হায়: 'গধা ব্রায়বদা মশানা মমিসু য়াওজরবনি।' অনী ফুনবা হৌরক্লে। কিরদুনা গধা অদুদি হৌদুনা চেনখ্রে।



# গধা অমগী ব্রাকৎ

ইনশাং-নাপী য়োনবা নুপাদুগী গধানা পোৎলূমদমক পুহনবা পিদি ইপি পিজদবদুদা খাওবা ওমলক্রুদুনা ঈশ্বরদা খুরুমজে 'ঐবু অতোপ্পা মী অমগীদা লৈহনবীয়ু।' ঈশ্বরনা তাবিরদুনা 'নও নিংওমদবদি তৌরক্কনু চেক শাবা অমগীদা লৈহনগেকো' হায়খি। গধা অদু য়োনথোরক্তুনা চেক শাবগীদা লৈরে। মফম অদুদনা হেন্না গধা ব্রাখি। অমুকসু ঈশ্বরদা খুরুমজখি । হন্দককীসিনা লোইরসিকো হায়দুনা শউলতুবা অমগীদা অমুক লৈরে। শউলতুবনা তৌরিবা থবক অদু উরগা গধানা তেংথারকখি: 'হান্নগী মফম-শিংদুদা লৈদুনা ব্রারবসু ব্রানা চরা হেন্দুনা শিব-ফাউবনা ফরম্বনি, শউলতুবা অসিনা ঐনা শিরবা ফাউবদা ইউল অসি খোক্তুনা কারবার তৌথিদৌ শরুক!'



# কোনশুবা অমসুং মাগী হূই

লাইরবা কোনশুবা নুপা অমগী নুংশিজরবা হূই মচা অমা লৈরম্মী। য়াম্না লুনা তৌজরম্মী চৎথোক চৎশিন খুদিংগী মরুপনি। নুংথং পায়দুনা মানা হুমাঙ তানা থবক শুরিঙৈদা হূইদুদি নুংঙায়না কুন্দুনা তুমদুনা লৈ। চারম থক্লমদাই মতমদনা মমৈ হাইর হাইরদুনা চাগদবগী চংশিল্লকই। নোংমদি নুপা অদুনা শাউশিন্নরদুনা চৈ উৎলগা হূই অদুদা হায়: 'কতল, নঙবু করি কান্নরিবগে ?ঐনা শুবা,নঙনা তুম্বা! চারমদাইদদি তুমদবা! শুদ্রবদি কনানসু নুংশিবিরোইকো!'



# কৈশাল অমসুং নোংশা

কৈশাল অমনা য়াউ মচা অমা হুরাল্লক্লগা মকোল তম্না পুরম্মী। লম্বীদা নোংশা অমগা থেংনরে। নোংশানা য়াউ মচা অদু কৈশালদগী মুল্লে। লাপ্পা চেনথোকলগা কৈশালনা লাউরকই: 'ঐগী পোৎতু নঙনা নিয়ম থুগাইরগা মুল্লেকো।' নোংশানা খ্রিগৎলদুনা খুম্মকথি: 'মসি নিয়মগীদি নঙগীনি, নৎত্রনে ? মরূপ অমগী খুদোলদি নৎত্রা ?'



# ককচেং অমসুং খুনু

ঈশিং থৌরাংলবা ককচেং অমনা তুরেল তোর্ব্বান্দা ঈশিং থককদৌবগী লাক্লরি। ঈথক মচা অমা হৌরক্তুনা ককচেং-অদু ঈয়ায় য়ৌথরে, ঈরাক্লদুনা শিগদৌরে। তোর্ব্বানদা হৌবা উগী উশাদা তোংলিবা খুনু অমনা ফিভম অদু উরদুনা উনা অমা চীকথৎতুনা ককচেংগী মপা তন্নাথাদরক্লে। উনা অদুগী মতেঙনা ককচেং থল্লাই মাঙত্রে, তোর্ব্বান্দা কাথৎ-খরে। মতম খরা লৈরগা শাদানবা অমনা খুনু অদু উরদুনা হাৎকদবগী তেঙ্গা থোংলকলে। মতৌ অদু উরদুনা ককচেংনা পরপ পরপ চংশিল্লদুনা শাদানবগী মথোংদা কন্না চীক্লে। নামনগ্রদুনা তেঙ্গা থোংবদু কায়রে। চৈরক্তুদা খুনু পাইখিরম্মী।



# য়োং অমসুং ঙা ফাবা

তোর্ব্বান্দা হৌবা অচৌবা উ অমগী উশাদা তোংলদুনা য়োং অমনা তুরেল অচৌবদুদা ঙা ফাবশিংনা ঈল লংদুনা ঙা ফারিবা অদু কুপ্পা য়েংলম্মী। থরা লৈরগা ঙা ফাবশিংদু ঈলশিংদু তোর্ব্বান্দা থনম্লগা ময়ুমদা চাক চাবা চৎখিরমম্মী। মতৌ তমগনবা য়োংনা উদগী কুমথরক্লুনা ঙা ফাবশিংনা ঈল লংবগী মতৌ তমগে হোৎনরম্মী। হুনবদা মশাসু য়াউখিদুনা ঈল মরক্তা ঈশিংদা ঈরাক্লদুনা লৈরে। শিগদৌরবা মতমদা মানা হায়খি: 'ফৈ শিসনু, ঐনা করিগী ঈল লংদুনা ঙা ফানিংলুবা!'



# উচি অমসুং খৈরোই

উচি অমসুং খৈরোই মতম পুম্নমককী য়েরুবনি, লানতা তৌনদুনা লৈবনি, খৈরোইতনা ঙমদুনা লৈবনি। উচিশিংনা খল্লি ঐখোয় চৎনরোল ঙাক্তে, সেনাপতি হাপতে, অদুনা ইতৎ তত্তনা মায়থীবনি। মখোয়না খ্বাইদগী হেন্না হৌরকফম ফবা, মথৌনা লৈবা, মরৌশিং য়াওবা উচি মখৈ সেনাপতি হাপ্লে। লাম্মী তেঙ্গোল তেঙ্গোল নাইনা নিংথিনা শেমগংলে। সেনাপতি পুম্নমক মকোক্তা চরু কিশিল্লি। সেনাপতিনি হায়বা পুম্নমক্না খঙনবা। খৈরোইশিংদা লান হৌরে। লান হৌফাৎত্রিঙৈদা উচি পুম্নমক কায়দুনা চেনখ্রে, মখুল মখুলদা লোৎখ্রে। মরমদি চরু কিশিল্লবা উচি সেনাপতিশিংদুনা মকোক থাঙৎনবা লাক্লরিঙৈদা খৈরোইনা চোংশিন্দুনা হাৎখি অমসুং চাথোকখি।



# শজি অমোম অসুং নোংশা

শাদানবনা তাম্নরক্লবা শজি অমোম অমা নোংশাগী মকোন্দা চেনশিন্দুনা লোৎলম্মী। নোংশানা লোৎতুনা তৌরিবদু তুমিন্না য়েংদুনা লৈরম্মী। শজি অমোমনা মথল্লাই হিংলে খন্দুনা খজিক্তং স্বর লৈতাজরকপা মতমদুদা নোংশানা চোংশিন্দুনা লাক্লে অমসুং মচেৎ মচেৎ শেগায়বা হৌরক্লে। মথল্লাই লাল্লগদবা শজি অমোমনা লাউরমখি: 'অল্লাবনিদকো, মী কিদুনা চেল্লকপা, লমশা অমগী খয়াত্তা তারেদো।'



# নোংশা, লমহূই অমসুং গধা

নোংশা অমগা লমহূই অমগা গধা অমগা অহম চঙদুনা শাদাম্নিন্নরম্মী। মখোয় অহুম্না চাউরবা শা অমা ফাবা ঙমলে। হাত্তোক্কুনা মাগী মাগী শরুক য়েন্ননবগী থৌরাং তৌরক্লে। নোংশানা গধাদুদা য়েললু হায়রে। গধানা অহুম থোক্লা চপ মান্ননা য়েন্লে। মাগী অমা লৌরগা লেমহৌরীবা অনীদু নোংশাগী অমা লমহূইগী অমনি হায়রে। খঙশাউ শাউরক্লবা নোংশানা গধাদু হান্না ফারগা চাথোক্লে। লমহূইদুদা অমুক



য়েল্লু হায়রে। লমহূইনা পুল্লপ পৈশিল্লগা মচেৎ খজিক্তং মাগী থাক্লগা নোংশাদা শিন্নরে। নোংশানা লমহূইদা হায় 'অসুক ফজবা খুৎয়েলসিদি নঙদি কনাদগী তমলুই ? নঙগীদি খজিক্তংদুনা চপ চাই'। লমহূইনা খুম্মী : 'গধাগী দষাদু য়েংলগা তমজবনি।'



# থেব অমসুং হওোই

কিগনঞ্চবা জীবশিংগী মনুংদা থেব হায়বসিসু অমনি । থেব ময়াম পুন্দুনা মখোয়দা ওৎপিরিবা নৈবিরিবগী মতাওদা য়াম্না কিনা খঙ্গে। খঙ্গরবা মতুংদা উপায় লৈরক্রদুনা পাৎতা চোংথন্দুনা শিরসি হায়না লেপ্পরে । পাৎয়াদা মখোয় লোইনা লাক্লে ।

মখোয়না লাকপগী খোঞ্জেলদু তাবদা পাৎয়াদা লৈরম্বা হওোই পুম্নমক য়াম্না কিনা অরুবা ঈয়ায় তম্না চেম্নখ্রে। থেব অমনা থেব পুম্নমক্তা হায়খি: 'ওায়খো, মরুপশা ! ঐখোয়গী ব্রাখল হোংলসি । ঐখোয়দগী হেন্না কিগনবা জীব কয়াসু লৈরিসিনি।'



# শাদানবা অমসুং শীঙজনবা



মথৌনা কয়া লৈজদবা শাদানবা অমনা নোংশা অমগী লীখুন লীরম্মী । উমঙদা উ য়ান্দুনা লৈরম্বা শীঙজনবা অমা থেংনরদুনা নোংশাগী লীখুন কদোমদনো হংলম্মী । 'ঐ খঙ্ঙি' শীঙজনবনা খুমলকখি, 'হৌজিকমক নোংশা অদু উহনগে।' কপলাক নিকলবা শাদানবনা অকিবা থোক্লেন্দা হায়রকখিঃ 'নত্তেদা, নোংশা য়েংগে হায়বা নত্তে, লীখুন-দুতা তাকপিয়ু হায়বনি।'

# ঙাফাবা অমসুং ঙা মচা

ঙাফাবা অমনা নুমিৎচুপ্পা ঙা খোনবদা ঙা মচা অমতমক ফারম্মী। ফ্রিং ফ্রিং চোংলিবা ঙা মচানা ঙা ফাবদা পুন্সি নিজরদুনা হায়জখিঃ ‘নতিক লৈরবা ইবুংঙো, পিশক পিক্লিবা ঐবু নঙোন্দা করি কান্নগদ-গে ? ঐবু থাদোকপিয়ু । হয়েংব্রাই মপুংফানা চাউরবা কান্দা ফাবিয়ু । মতম অদুদা ইনাক খুনবা অমদা য়োনবিয়ু । শেন্দোং য়াম্না ফংগনি ।’



ঙাফাবনা খুম্নকখিঃ ‘ মতম অদুদদি ফানি ফারোইসু খঙদে । ঐদি য়াম্না চমজবনি, নঙবু হৌজিক ঐ থাদোকপা ঙম্লোই ।’

# হৌদোং অমসুং উচি

য়ুম অমদা উচি য়াম্না লৈরম্মী। মদু খঙলবদা হৌদোং অমোম অমনা নুংতিগী লাক্লুনা অমমম ফারগা চারম্মী। হিংহৌবা উচি খরনা ভাব তারক্লদুনা মখুল ময়াদগী থক হেন্দোক্লে। উচি ফাবা ঙমলক্লবা হৌদোংনা ব্রাখল মুন্না তৌই। শগাইগুম্বা অমদগী য়ানথরদুনা অশিবা মশা শাদুনা কুইনা লৈরম্মী। উচি অমখক্লা মখুলদগী খিক্তং থিন্দোরক্লগা তৌরিবদু মুন্না য়েংলম্মী অদুগা হায়খি: 'পুকফবী ইবেম্মা, নঙনা ঐখোয়গী চাক্তাফম মালহঞ্জরবসু, ঐখোয় কৈদৌঙৈদা ননাক্তা লাকচরোই।'



# উচি অমসুং শল্লাবা

উচিনা চীকপদা শাউরবা শল্লাবনা উচি হাৎলগে হায়দুনা কোয়তান তান্নরম্মী। উচিদি মখুলদা শৎ চেনশিনখ্রে। শল্লাবনা মচী অনীদুনা উচি মখুল হোগায়। শুম হোগায়রকপদা মমৈদদি ব্রারদুনা কুনথরে। লেমহৌরিবা মখুল ময়াদুদা তুমথখ্রে। উচিনা মখুলদগী য়েংথোরকই। তুমদুনা লৈরবা শল্লাবদুগী মথক্তা কাখৎলগা খংচীক চীক্লম্লগা অমুক চেনশিনখ্রে। শল্লাবা ফুক হৌগৎলি, জ্ঞান মাঙদুনা লেপ্পুনা লৈরে। উচিনা মখুলদগী লাউরকই : 'অচৌবনা মতম পুম্নমক্তা ঙম্বা য়ারোই। মচানা অমদি অতোনবশিংনসু ফত্তবা তৌবদা খ্বাইদগী কনবা মতমসু লৈ।'



# হঙোই অনী

হঙোই অনীথক পুম্রি অমত্তদা লৈমিন্নরম্মী। কালেনগী নুংশাদা পুম্রি অদু ঈশিং কংখিরম্মী। মখোয় অনী অতোপ্পা লৈফম অমা থিরক্লম্মী। শুম চোংদুনা চৎলিঙৈদা ঈশিং পিকথম্না লৈরবা লূরবা শুহা অমা থেংনরম্মী। অমনা হায়: 'মসিদা কুমথরসি, ঈশিং শুকব্রাৎ ব্রাৎলরোই, অতোপ্পনা লান্দারকপসু ঙম্নরোই।'



অতোপ্পদুনা চীং লেম্না খুম্মকই: 'করিগুম্বা ঈশিংসিনা কংখিবা থোক্লবদি ঐখোয় করম্না কাথংলককনি অসুক লূবসিদগী ?'

# মবুক নোয়রবা লমহূই

লাম্বনা মবুক শিংলবা লমহূই অমনা শনজেম্নহাশিংনা উক্রোং মনুংদা লোংলম্বা চান-থক্লবা কয়া থেংনরম্মী। শনজেম্নহাশিংদু লৈত্রিঙৈদা উক্রোং মনুংদা লিংশিন্দুনা পেম্না চাথোক্লে।



মবুক হুইত্রিমুক কংলে। লিংথোরকপা ঙমদ্রে। কপ লাউদুনা খোংলক্লে। মনাক্তা চংলম্বা লমহূই অমনা তৌরিবা মওং অদু ভাব তানা য়েংলগা হায়রকখি: 'মরুপ নবুক অদু হাম্নগুম্না শীংত্রিফাওবদি নঙ অদুদা অদুম লৈবা তারি।'

# পুক অমসুং হকচাং কায়াৎশিং

হকচাং কায়াৎ পুন্নমক শাউরদুনা পুক্তা হায়ঃ 'নঙদি করিসু তৌদে, ফমদুনা চাবনি, করিগী ঐখোয়না নঙগী ৱাৎতনবা হোৎনজরুনি '?' হোৎনখিদ্রে। পুক্তা চানিংঙায় লৈত্রে। হকচাং নোংম নোংমগী শোনথরক্লে, কংশিল্লক্লে, লেঙ ওৎপা ঙম্লক্ত্রে। কাম্নদ্রবা মতমদা খুৎ, খোঙ, চীন, মিৎ-মশা মশাগী অপঙবা থঙজখি।



# হুরানবা অমসুং য়েন্বা

য়ুম অমদা হুরানবা থরা চংলকলম্মী। য়েন্বা অমথক নত্তনা অতে হুরাম্নিংঙাই অমত্তা লৈত্রে। য়েন্বা অদু য়েপশিল্লগা থুনা য়াংনা চেনথোরক্লে। ময়ুম য়ৌরবা কান্দা য়েন্বা অদু হাৎনবা থৌরাঙ তৌরক্লে। য়েন্বানা মপুন্সি কঞ্জনবা হায়জখিঃ 'নুংশিবিয়ু ঐবু, ঐদি মীগী কান্নবতা তৌজবনি। নুমিদাং ফাউবা ঐনা খোংদুনা থবক শুহল্লিবনি।'



হুরানবশিংনা খুমখিঃ 'মদুগীনি ঐখোয়না নঙবু হাৎকদৌরিবসি। য়ুমলোন কৈরোম্নবা কয়া নঙনা হৌদোক্লুনা ঐখোয়গী থবক চৎথবা য়াহনদে।'

# হূই অমসুং পুজারী



ইনাকখুনবা অমনা উৎসব অমা চাউনা কৎলী। মরুপ মপাং খঙন-চান্নবা কয়া বার্ত্তন তৌরম্মী। মাগী হূইদুনসু খুদোংচাবা লৌরদুনা য়ূমলোম্নবগী হূইদু বার্ত্তন তৌরম্মী। য়ুমলোম্নবগী হূইদু য়াম্না হরাউজরে। মমৈ হাইর-হাইরদুনা চাকশঙ-লোমদা পুজারী মনাক্তা চংশিল্লক্লে।

থোং থাক্লিবা ময়াম অদুগী মরক্তা চংলকপা উবদা শীঙঙেব।ক অমনা খঙহৌদনা থোন্নক্লে। মথোঙ অমদি তেক্লমাল্লে। শাথাবা খোঞ্জেলদা থোং-লাউরদুনা মথোঙ অহমদুনা চোং চোংলদুনা কন্না চেনখিরম্মী। লৈরক্তা লৈরম্বা ছুইয়াম্না কৈদৌরে কৈদৌরে হায়দুনা মঙোন্দা হোৎচিল্ল-ম্মী। মানা হায়খিঃ ‘অশেংবা হায়যুরা? য়ু য়াম্না থকমনলুবনা ঐ করিমত্তা নিংশিংদ্রে। য়ুম অসিদগী করম্না চেনথোক্লকপা ঐ খঙবা ঙমদ্রে।’

# কৈশাল অমসুং হামেঙ

কৈশাল অমনা মানা য়ৌবা ঙমদ্রবা চীংদোল অমদা শজিক চারিবা হামেঙ অমা উরম্মী। কুমথরকপদা তুশিন্দুনা তাননবা কৈশালনা হামেঙদুদা তাং তৌরকখিঃ 'মখাসিদা হৌরিবা নাপী-শিংবীশিংসি কয়াদা থোং নৌব্রবা! কুমথরকউনে, চারোলাউনে।'

হামেঙনা খুমলকখিঃ 'ঙমজরোই মরুপ, ঐবু শজিক চারোলাউ হায়বা নত্তে নঙনা হায়রিবদু। নঙ নশামক চাক য়াম্না লাম্লমাল্লে।'



# সমুদ্রগী উচেক অমসুং উমাইবী

সমুদ্রগী অচৌবা উচেক অমা য়াম্না চাউরবা সমুদ্রগী ঙা অমা ফারগা য়োংলম্মী। মাগী চাকথাউ অদু শিফাত্রিবা ঙা অদুনা চোংবদা শেগায়রে। চাকথাউ শেগায়বদগী উচেক অদু শিগদৌরদুনা সমুদ্র তোর্ব্বান্দা মশা হিকথরদুনা তাশিন্দুনা লৈরে। মনাক্তা পাইদুনা লৈরম্বা উমাইবী অমনা ফিভম অদু উবদা হায়খি: 'নঙ শিবনা মতীক চায়। অতিয়াগী উচেক নঙনা সমুদ্রদা লৃপশিন্দুনা ঈশিংদা চাক্তারুবগীনি।'



# জগোই শারিবা য়োং

নিংথৌমচা অমগী য়োং কাংলুপ অমা জগোই শাবা ফজনা তম্বীরম্মী। নিংথৌগী জগোই লোয়শংদা কলাকারশিংগী মতৌতম্বদা অশুককী মতীক হৈগ্রে, কলাকারশিং অদুদগী ফাউবা হেন্না ফজনা জগোই শাবা হৈরে। নিংথৌমচানা ফিজেৎ লৈতেং ফজনা শেৎচিনবিদুনা ষ্টেজদা জগোই শাহন্লবদা, ভাবোক পুন্নমক পেন্নখি, থাগৎনখি। নীংবা কায়রবা



কলাকার অমনা য়োং জগোই শারিঙৈদা লৈবাক হব্রাই খুবাম অমা ষ্টেজদা লংশিল্লম্মী। লৈবাক হব্রাইশিংদু উবদা য়োং পুন্নমক জগোই শাবা লেপতুনা মুন্নরগা চাবা হৌরক্লে। অমগা অমগসু চীক্লবা হৌরক্লে। জগোই কায়রে। ভাবোক পুন্নমক নোকশিল্লন্নগা কায়নখ্রে।

# পন্ডিত অমসুং ককচেং

রাখল য়াম্না খনবা পন্ডিত অমনা সমুদ্র তোর্ব্বান্দা লেপ্তুনা সমুদ্রদা জহাজ অমা কায়দুনা লুপথখিবা উরম্মী। জহাজ অদুদা তোংখিবা মরাল লৈজদ্রবা মীওই কয়া ঈরাক্লদুনা শিরিবদু উবদা ঈশ্বরদা মানা ব্রারৌখি। অমনা শোয়রগা ময়াম পুন্নমকপু মথব্রাই মাঙহনবা ঈশ্বরগী অচৌবা মরাল অমনি খনখি। ব্রাখল অসি অসুম খন্দুনা লৈরিঙৈদা



ককচেং ময়াম অমনা মাবু কোয়শিন্নক্লম্মী মানা ককচেং মকোল অচৌবা অমগী ময়াদা লেপ্লুরবনা। মখোঙদা কাখৎলকপা ককচেং অমনা কম্না চীক্লকপদা নামনপ্রদুনা ককচেং পুন্নমক মখোঙনা নোয়হত্তুনা হাৎতোকলে। ঈশ্বরগী দুত অমা মনাক্তা লেপ্লরে। মানা পায়রকপা চৈ অদুনা পন্ডিত অদুদা তপ্না থিল্লখিঃ 'ককচেং অমনা চীক্লগা ককচেং পুন্নমক নঙনা হাৎতোকলে। ঈশ্বরগী মরাল থিখোদনা, খনখোদনা!'

# লমকোয়বা অমসুং লাইবক

লম শাংনা চৎলক্লবা লমকোয়বা অমনা য়াম্না চোকথরদুনা লূরবা গুহা অমগী মপান্দুদা পোথারম্মী। ব্রামল্লদুনা ফম্না ফম্না উইথখিরম্মী। গুহা মনুংদা ওনথখিগদৌবা শম্না অমত্তা ঙায়রবা কান্দা লাইবক কৌবী লাইরেম্বীনা মনাক্তা লাক্লুনা হৌদোকপিরম্মী: 'নুপা, নমিৎ পাংলো। নঙ গুহা মনুংদা শোয়দনা ওনথখিবা তারে। করিগুম্বা ওনথখিদুনা শিবা থোক্লবদি মী পুম্নমক্না লাইবক থী হায়দুনা ঐবু শরা শম্না ঙাংনররগনি। মীওইবা হায়বসিনা মশানা শিঞ্জবা লাংদা মশানা থুরবা কান্দা লাইবক ফত্তে হেক্তা হায়।'



# নোংশা অমসুং থেব

নোংশা অমনা নুংঙাইনা তুমদুনা লৈরম্বা থেব অমনা থেংনরে। থেব অসি ফারগে হায়না হোৎনরিঙৈ চৈরক্কুদা শজি লাবা মচা অমা মনাক্তা চৎপা উরে। শজি মচাদু হাম্না ফানিংলে। মমায় লৈথোক্কুনা তাম্নরে। তাম্নবগী মখোলদু তাবদা থেব মিকপ থোক্লে, হৌদুনা চেনখ্রে। শজি মচা তাম্নবা ফংদ্রবা নোংশানা থেবদু ওইনা ফারগে খন্দুনা থেবগী তুমফমদু তাম্না লাকপদদি থেবসু লৈরমদ্রে। নোংশানা মথনতা হায়জে: 'সিনা হেক মতীক চায়, য়াম্না চানিংলুবা!'



# লমহূই অমসুং কবোকৈ

লমহূই অমগা কবোকৈ অমগা মশক ফজবা তান্নবদা মরৈ কম্না য়েৎখৎনরক্লে। কবোকৈনা মউল অদুদা লাংলিবা খুৎলাং ফজবশিংদু অমমম লমহূইদা উৎলি। লমহূইনা মরক থৎলদুনা হায়: 'নঙদি নশাগী কুরাংবান্দতা ফজবনি, ঐদি মনুংদা থম্মোইনুংদা ওনথোক্লা ফজব্রবা জাৎনি। নঙনা করম্না ফজবা হেনগদৌরিবনো ?'



# উচেক অচৌবা অমসুং খুঞ্জা অহল

খুঞ্জা অহল অমনা উচেক অচৌবা অমা লাংদা থুদুনা ব্রানা লৈরম্বা থেংনখি। মিনুংশি পোক্লদুনা লাংদুদগী উচেক অচৌবদু থাদোকপিরে। উচেক অচৌবা হরাওনা পাইখ্রে। মতম খরা লৈরগা খুঞ্জা অহলদু তুথরককদৌরবা চেকপল অমদা ঙারদুনা ফমদুনা লৈবদু উচেক অচৌবদুনা মথভ্ভংগী উরে। খুদক্তা পাইথরক্তুনা অহল অদুগী মকোক্তা পুরিবা পোৎ য়োম মচা অদু লাক্তুনা চেনথোক্লে। ময়োম অদু তান্নবদা ময়োমদু খুল্লদুনা হান্নগী চেকপল ময়াদা লাকপদদি চেকপল অদু লৈপাক্তা তুরদুনা লৈরম্লে। অহল অদুনা উচেক অচৌবদুবু ঙমখৈ লৈতনা থাগৎখি।



# মকোক তাঙবা অঙম্বা

শগোল অমমম তোংলদুনা অঙম অথৌ কাংলুপ অমা শাদানবা চৎলম্মী। মকোক্তা ফজ ফজরবা টুপী অমমমসু উপনরম্মী। শগোল য়াঙনা থৌনরকপদা অকনবা নুংশিৎ অমগা মায়য়োক্নরুবদগী মকোক তাঙবা অঙম্বদুগী টুপীদু পাইথোকখ্রে। অতাঙবা মকোক্তু উবদা ময়াম পুম্নমক য়া য়া নোক্নম্মী। নোকপদুদা মাসু য়াউশিল্লদুনা মকোক তাঙবা অঙম্বদুনা হায়: 'পোকপদগী য়াউরক্লবা ইশম ফাওবা পাইথোকশ্রবদা টুপী অসিনা ঐঙোন্দগী পাইথোকখ্রিবসি কয়াদা ফজশ্রবা!'



# লাইগী মুর্ত্তি অমসুং উশুবা

য়াম্না লাইরবা উশুবা অমনা বিশ্বকর্ম্মগী মুর্ত্তি মচা অমা য়াম্না থব্রাই য়াউনা লাৎলম্মী। নুংতিগী লেপ্তুনা আজা পুজা কয়া তৌজদুনসু নোংম নোংমগী নংবদি অসুম হেজিল্লম্মী। মমৈদা নুংপাক অমদা থাদদুনা থুগাইরম্মী। মুর্ত্তি অদু মকোক তেকলে। মশা অদুদগী লংত্রিক লংলবা সনা মতুম থব্রা তারক্লম্মী। সনাশিংদু খুঙ্গৎলদুনা উশুবনা হায়ঃ 'মুর্ত্তি নঙসে
অঙকপনি। সেবা তৌরিঙৈদনা কৈসু পীদে। ওৎ নৈরবা কান্দনা ঐবু কয়াদা ইনাকখুলহনলবা!'



# খোইগী মহারানী অমসুং মহাদেব

অল্কাপুরদগী খোইগী মহারানী অমনা কৈলাস চীংদোন তন্না পাইরক্লুনা মহাদেবদা খোইহী কৎচরম্মী। খোইরাদগী ফোঙ ফোঙশানা পুজরক্লিবা খোইহীনি। মহাদেবনা খুদোলপোৎ অদু য়াম্না হরাওনা লৌরম্মী। বর নিজৌ তাকপিরম্মী। খোইগী মহারানীনা নিজরম্মী : 'ঐগী খোইহী লোক্কে লাকপা তাইবংমী হাৎচবা ঙমননবা মমু অমত্তং পিনবিয়ু।'

তাইবংমীবু হাৎপা হায়বসি মহাদেবদি য়ানিংদবনি। মরমদি মানা লুনা তৌজরিবা তাইবংমীনি। অদুবু নিয়ু হায়রুদুনা নিরক্লবনিনা পিদবদি য়াদ্রে। মহাদেবনা হায়খি : ' নঙনা নিংবদু থুংজরো। তৌবদদি নঙগী পুন্সি মমু অদুদা লৈগনি। হায়বদি নঙনা নমু থিনলুরিবা মীদুদা নমু অদু লৈহৌরগনি। নমু অদু য়াউদ্রবদি নঙ হিংবা ঙম্লরোই, শোয়দনা শিরগনি।'



# গধা অমসুং হঙোই

লৃমলবা পোৎলৃম পুরিবা গধা অমনা পাৎ অথেনবা অমা লানবা তারম্মী। পাৎ ময়ায় য়ৌরকপদা খোঙফম শোয়দুনা মখোঙ নাম্মা পুৎথখ্রে। শৎকৎপা ঙমদদুনা পোৎলৃম অদুনা নন্দুনা তুথখ্রে। কপ-লাউদুনা খোংলক্লে। পাৎ অদুদা তত্তনা চাক্তাবা হঙোইশিংনা গধাগী কপ্পিবা খোঞ্জেলদু তারদুনা চংশিল্লক্লে। অদুগা হায়খি: 'নঙসু ঐখোয়গুম্না মফম অসিদা অসুম লৈবা ওইরবদি ফগদৌবা! ঈশিংদা খিত্তং তুবদা কয়াদা ৱারবা!'



# ব্রাহোং অমসুং ব্রাইনু

ব্রাহোং অমনা মনাক্তা চাক্তরবা ব্রাইনু অমগী উং মানবা মতুশিংদু নোক্লরম্মী : 'ঐদি নিংথৌগী ফিজেৎকুম্না সনা মচু অমদি মন্ত্রা মচুগী ইতু ময়াম্না লৈতেংঙি । নঙগীদি নতুশিংদুদা মচু অমফাওবা য়াওদে ।'

'চুম্মী,' ব্রাইনুনা খুম্মকই, 'অদুবু ঐদি স্বর্গয়ৌনা পাইথক্তুনা থরাম্মিচাকশিংগা ব্রারি শারুবা ঙম্মী । নঙদি য়েনগুম্না শনথী শনয়ুংদা হৈনবা উচেক শঙ্গুলক্তা লৈখাদতা চৎপনি ।'



# খোইবী নিংথৌ অমসুং লীন

লীন অমগী মকোক্তা তোংলদুনা খোইবীনিংথৌ অমনা হন্না হন্না লীন অদুদা নৈকই অমসুং মমু কামশিন্নী। কামশিন্নিংঙাই মমু লৈরক্কবদা খোইবীনিংথৌ অদু লীনগী মকোক্কুদা তোংনা তোংনা অদুম শিরে। খাঙজবদা ব্রারবা লীননা করম্না খোইবীনিংথৌ অদু মকোক্তগী তানথোকখিসিগে থল্লী। অসুম থল্লীঙৈদা শীং পিকথন্না হাপ্লবা গাড়ি অদুগী চাকা অমগী মমাংদা মকোক অদু থল্লদুনা মানা হায়খি: 'ঐখোয় অনী অসুন্না শিমিন্নবনা হেন্না ফৈ!'



# থেব অমসুং হূইজাউ

হূইজাউ অমনা থেব পিশক অমা কন্না তান্নরম্মী। খর তান্নরবা মতুংদা হূইজাউ অদু ব্লাদুনা পোংথারে। শঞ্জেন্নহা অমনা কুম্মে য়েংবদা নুংঙাইরক্তুদুনা হূইজাউ অদুদা লক্করম্মী : 'পিশক অসিনা নঙোন্দগীদি হেন্না কন্না চেল্লেনে।' হূইজাউনা খুম্মী : 'ঐখোয় অনীগী খেন্নবসি নঙ খঙদ্রেনে। ঐদি চাথোককে হায়দুনা তান্নবতনি, মাদি মপুন্সি কঞ্জনবা চেল্লিবনি।'



# উট

উট অমুক্তা উত্রিবা নিপা অমনা অহানবা উবদা কিমনথ্রদুনা হৌদুনা চেল্লম্মী। মতম খরা লৈরগা উটকী অঈঙবা, অতপ্পা, পুকচেল ফজবদু খঙলক্লবদা মনাক্তা চংশিনবা কিরক্কে। য়াম্না শাউগন্দবা শা অমনি খঙলক্লবদা মচীন্দা য়াচল হাপচীল্লে, মথক্তা অঙাং তোংহল্লে।



# লীবা য়াবা খোঙ্গুল

| | |
|---|---|
| ১. থাউমৈ | নাপলনা লৈখা তাহল্লি- 'অফাউবা শাগনু' - ঈথৌ তৌসি। মহৌশাদা য়েংঙু, নুমিৎ থা থরানমিচাক - নাপল তৌদে, মথৌ তৌই। জগৎতা লেংদবা হায়বদু ওইদুনা লৈরি। মতৌ তম্মু। |
| ২. হৈনৌ পাম্বী | পিজ্জ পিথক তৌরিবা মীদা ওৎপা চুমদে। তৌবিমল খঙসি। |
| ৩. চোর্ফোন পাম্বী অমসুং থৈবোং পাম্বী | মহৌশাগী খুৎশেম - ঈশ্বরগী খুশেমনি - অমনা অমবু নোক্লবা চুমদে। |
| ৪. অঙ্গুর পাম্বী অমসুং হামেং | অতোনবশিংনসু অকনববু লমন খুম্বা ওম্মী। |
| ৫. খোংনাং বট অমসুং শীংজনবা | মীনা ঐবু মাংহনবদগীদি, ইশানা ইশাবু মাঙহনজবনা থম্মোই হেয়্যো শোক্লিংঙাইনি। |
| ৬. উ অমসুং শীংজঙ | পুকচেল পীকপশিংনা পুকচেল চাউবশিংগী তৌবিমল খঙদে। |
| ৭. শৈ কুহী অমসুং মহাদেব | ইশাগী মাংজরবসু মী কয়াগী কান্নগদবা লৈরবদি ব্বারৌফম থোক্তে। |
| ৮. উজাউ অমসুং শীংনাং | হেন্না ঙমবগা হকথেংননা মুক্লরুবগী মহুৎতা ভাব তানবা শাজ্জৎ চৎপনা হেন্না কান্নে। - নুং অমসুং য়েরুমগা কাউনরবদি নুংনা ঙমগনি। |
| ৯. কৌবিল্যা পাম্বী অমসুং কাব্রংচাক পাম্বী | সংসার অসিদা খেন্নবা লৈরিবশিং - মরম লৈবা ঙাক্তনি, অমনা অমবু নোক্লবা চুমদে। |
| ১০. কফোই পাম্বী, মালহৈ পাম্বী অমসুং নাতোনচাবী | অনী খৎনরবদি, অহ্মগুবনা খুদোংচাবা লৌই, খৎনফ:দ |
| ১১. লংকৈ চংপা অনী অমসুং শীংজঙ | নুংঙাইবদদি মী পুন্নমক শরুক য়ানিংঙি, অব্বাবদদি কনাসু যাঙ্গনিংদ্দে |
| ১২. চৈতুপ | লাপলিভেদা ফজনা উবশিং, নকশিল্পকলগা [illegible] চান্‌বা কয়া য়াউই। মীংয়েং খুয়োইদবনি, সভ্ভলগদলনা |

| | |
|---|---|
| ১৩. নুমিত্তা হওোইশিংগী য়াকং | অরাবগী মথক্তা অরাবা হাপচিনবিগনু। |
| ১৪. য়াউমচা অমসুং কৈশাল | ফংডবা থংগক্তা থবায় মাংগদৌবগী শরুক অমবা থবক্তা থবায় থাবনা হেন্না কৈ। |
| ১৫. উট অমসুং লৈশেম্বা | মীগী ফজবদা কন্নকফদে। |
| ১৬. শাদানবা অমসুং শগোল তোংবা | অপঙবশিংদি কোন্না শিংঙকই - কান্নরবা মতমদা। |
| ১৭. ইনাকখুনবা অমসুং শউলশুবা | হৈনশিনন্নবদি অশেঙবা খঙলক্তে। নেশা হৈনশিনন্নবদি নেশাগী অমাঙবা খঙলক্তে। খঙলবসু থৌশারক্তে। |
| ১৮. কাক অমসুং লীন | মী কয়ানা হিংননবগীনি হায়দুনা চংথরুবা থবক কয়াদা মশানা মশাগী শিননবগী লাং থাকচৈ। |
| ১৯. নোংশা অমসুং উচি | থৌজালগী থবক অরেম্বদা মাঙদে। |
| ২০. মৈতাল য়োনবা অমসুং ফিশুবা | অনানবা অমসুং অমোংপা অনী পুনশিনবা য়াদে। অশেঙবা অমসুং অরানবা পুনশিন্নবা থক য়ারোই। |
| ২১. শেকপী অমসুং খৈরোয় | পাইরক্কী লৌশিং লৈরবদি, অরাবা কয়াদগী নাহ্রোকপা ঙম্মী। |
| ২২. লুখ্রাবী অমসুং মনাইনুপী | তায়নফম চাদনা তায়নরুবদি অরাবা নংঙি। |
| ২৩. শোরারেন অমসুং য়োং | পুন্নমক্কগী ঐগী হায়বসিনা খাইদগী হেন্না কল্লি। মমা অমগী মমিত্তা মচানা খাইদগী হেন্না ফজে। |
| ২৪. খুনুরং, উমাইবী অমসুং খুনু | অরাবা অয়া থেংনদনবা হোংনবদা হৈহৌদ্রবদি, হেন্না অরাবা থেংনগল্লি। কৈ কিদুনা চেন্নগা শওম ওক্লে হায়নরিবনি। |
| ২৫. কাউনরিবা য়েন অমসুং লাঙজা | অকনবনা অচুম্বা শকপা কুয়বা য়াদে, হেন্না কনবা অমা হেক্তা লাকই। শমসি খঙনা খঙনা অশেন্নবসু অকনবা হেক্তা ওইনিংঙি। রাতোন্না রাংলগা কাকনা ফমদেকই হায়নরি,হায়নরবসু অদুম রাংনিংঙি। |
| ২৬. লানমী শগোল অমসুং মিলগী শগোল | অহল ওইরবশিংনা নহা ওইরিঙৈ মতমবু কন্নকই। |

| | |
|---|---|
| ২৭. লমহূই অমসুং য়োং | লৈবাক্কী মপু ওইগে হায়বর্বা- লৌশিং য়াম্না লৈবা তায় । |
| ২৮. শগোল অমসুং শগোল তোংবা লাম্মী | কাম্নরিঙৈদা লুনা তৌবা, কাম্নত্রবা মতমদা মীয়াইবা - অশিংবা থৌশী: নম্ভে । অমুক কাম্ননিংঙকপদা নিংবা কায় । |
| ২৯. রায়খু অমসুং মপী | মীনা মীবু নোক্লবা চুমদে । মরমদি নোক্লরিবা মীদুসু মী অমনি শবীনা মমাগী ময়া অচৌবা নোক্লরুবদু মাগীসু ময়া অচৌ- পাল্লকখিগদৌরিবনি । |
| ৩০. হনুবী অমসুং যম | শিংনিংবা মী লৈতে, ঙহাক্কী নিংবা থুংদবনা শিনিংঙে হায়জখিবর্তা |
| ৩১. মচানুপী অনী | মীনা মী পুন্নমকপু চপ মান্নবা মনিঙ থুংহনবা ওইথোক্তে । |
| ৩২. হুবানবা অমসুং মমা | মচানা অরানবা তৌরকপদা ময়া মপানা থৌশাদবা চুমদে, মতমচান- চুমথোকপিহৌগদবনি । |
| ৩৩. চফু অনী | অকনবগা অশোনবগা মরুপ ওইমিন্নবা য়াদে, অকনবনা অশোনব- শোয়দনা তুহৎলক্কনি । |
| ৩৪. শেন্দ্রাং, লীন অমসুং রায়েলশঙ | মতাঙ চাদনা চংজফম থিরকপা কনানসু থওইনদে । মীগীদি রায়েনবা য়ায়, শা উচেক্কীদি রায়েনবিদে । |
| ৩৫. য়াউশেনবা অমসুং কৈশাল | ফত্তবা মী য়োক্রবদি ফত্তবা মীদুগী মখুত্তা য়োক্লিবা মীদু থরায় থাব তাবনি । ফত্তবা শাজংতি কৈদৌঙৈদা য়োকথৎফরোই । |
| ৩৬. শাদানবা অমসুং ঙা ফাবা | মশা মশাগী শিনফমদগী মশা মশাগী পুন্সি হিংনবা হোৎনফম থোক অমগা অমগা য়েংশিন্নরবদি মমৈদা হিংবা ঙমলক্রোই । |
| ৩৭. কৈশাল অমসুং য়াউ | লৌশিংগী লান, লৌশিংনা শোক্লগদবনি । |
| ৩৮. হুইনা চীক্লবা নুপা | অরাবা অমা কোকননবগীদমক অরাবা কয়া পুশিল্লকপা চুমদে । |
| ৩৯. নাইতোম তাপ্রবী | ওইরক্লিবা সমাজ অসিদা অচুম্বা হায়বদু থওইনরক্লে । অরাবনি । |
| ৪০. হুয়ৌ অমসুং মকু | লৌশিং লৈত্রবদি মীনা হিংবা ঙম্রোই । |
| ৪১. লমহূই অমসুং ক্লাক | লৌশিং লৈত্রবদি লৌনমলাংদা হেক হেক থুই । |

| | |
|---|---|
| ৪২. অনাবা ভমাহ্বা | ঈশ্বরগী মফমদা অরানবা তৌবা ঈশ্বরনা থক ঙাকপিদে। |
| ৪৩. লান্নরিবা গধা | ইনাং নংতবদা হৈশিংলুবা চুমদে |
| ৪৪. লুম্রাবী অমসুং য়াউ | হৈতনা অহৈবো শারুবা চুমদে। |
| ৪৫. লমলক্কী গধা অমসুং নোংশা | অকনবনা অচুম্বা শকই। |
| ৪৬. শঙ্গোন্দা শজি লাবা | অনেকপা মীগা মপুগা চাউনা খৈন্নে। মপুদি অতত্তাইনি, চেকশিনবা হেল্লি। |
| ৪৭. লৌউবা অমসুং ব্রাইনু | মতীক মগুন লৈবা মীদি য়েরুবনা লাকচ-খুদুম চনবা ঙমদে। |
| ৪৮. শাগী নিংথৌ অমসুং ঙাগী নিংথৌ | মরূপ শায়বা হৈত্রবদি, মতাঙ চানা মরুপকী মতেঙ ফঙবা ঙমদে। |
| ৪৯. নোংশা অমসুং ওকলাবা | হাংতোক্লবগী থবক মমৈদা করিসু ওইজদে। |
| ৫০. মমিৎ নামা তাংবা শজি | থাজদবা মফমদগীত্তা অব্বাবা নংঙি। |
| ৫১. য়াউশেনবা অমসুং সমুদ্র | অঙ্গংবা অমসুং অতপ্পদসু শাথিবা লৈ। |
| ৫২. গধা, য়েম্বা অমসুং নোংশা | উশিত্তবসি থব্রায় মাঙগল্লি। |
| ৫৩. শঙ্গোম য়োনবী অমসুং শঙ্গোম চফু | মঙ অমসুং তাইবং - অনীগী খেন্নবা মুন্না খঙগদবনি। |
| ৫৪. কৈশাল অমসুং অয়োকপা হূইজাউ | মীনাই ওইহবগী পুন্সি অব্রাবনি। |
| ৫৫. তুরেল অমসুং সমুদ্র | লৈরুরিবা মফমদুগী চৎনবী খঙবা তায়। |
| ৫৬. লমওক অমসুং লমহূই | হোৎনবা লেপ্পা য়াদে, খুদোংথিবা কয়া মায়য়োক্লনবগীদমক। |
| ৫৭. হূই হনুবা | মতমগী ঈচেল কনানসু থিংবা ঙমদে। |
| ৫৮. লাঙজা অমসুং তেন | ঐগীনি খঞ্জবা মীগী মখুত্তা থব্রায় থাবা হেন্না থম্মোয় কায়নিংঙাইনি। |
| ৫৯. শিন্নী অহূম | ঐগী ওইবা পোৎনা খাইদগী হেন্না মমল য়াম্মী। |

| | |
|---|---|
| ৬০. গধা অমসুং লাইগী মুর্তি | অপশুবগী খ্রাখল চৈ চাফম হেক হেক ওই। |
| ৬১. নোংশা অমসুং শল্লাবা অহুম | পুম্নগা পাঙ্গল কল্লি। |
| ৬২. হূইবু অমসুং হূইয়াম | ঈরাং খঙববু লৌশিং লৈবা কৌই। |
| ৬৩. কৈশাল অমসুং য়াউশেনবা | হায়জবা হায়বসিসু থৌরবা খুৎলাই অমনি। |
| ৬৪. ফাবা ঙমহৌদ্রবা নোংশা | পুন্সিগী থোঙফম অরাইবা নত্তে, অমত্তং শোয়খিবদা খাঙঙমদ্রবা অরাবা হেক্তা মায়য়োক্লে। |
| ৬৫. লমহূই অমসুং উয়ানবা | চীন্না হায়বগা থবক ওইনা তৌথোরকপগা মান্নফম থোকই। |
| ৬৬. গধা অমসুং মমি | অপাম্বা পোৎ অমগীদমক অনী চঙদুনা কন্না খৎনরবদি অনীমক্তুনা পোৎ অদু ফঙগন্দে। |
| ৬৭. গধা অমগী রাকং | পুন্সিদা লোয়না নিংবাথুংবা ঙমদে। অরাংপা অমা হেক্তা লৈরম্মী। |
| ৬৮. কোনশুবা অমসুং মাগী হূই | শুমিন্নদ্রবদি চামিন্ননিংদে। |
| ৬৯. কৈশাল অমসুং নোংশা | নিয়মনা অমা থবকনা অমা, ওইথোক্তবা নত্তে। |
| ৭০. ককচেং অমসুং খুনু | অমনা অমগী মতেং পাংনবা তমজনিংঙাই ওইবা শাজৎনি। |
| ৭১. য়োং অমসুং ঙাফাবা | মতৌ তম্বদা হৈত্রবদি অরাবা নংঙি। |
| ৭২. উচি অমসুং খৈরোই | খুৎশেমনা মহৌশাবু থৌশাদবা চুমদে। |
| ৭৩. শজি অমোম অমসুং নোংশা | অতোনবশিংগী য়েক্লবা রাংতে। শাথিবগী মথঙদা হেন্না শাথিবা থেংনৈ। |
| ৭৪. নোংশা, লমহূই অমসুং গধা | আইনদগী তাঞ্জানা হেক হেক লুবা মতাঙ লাকই। |
| ৭৫. থেব অমসুং হুঙোই | ঈশালা ঈশাবু য়ান্না হম্বুনা খঞ্জবা অফবা নত্তে। |
| ৭৬. শাদানবা অমসুং শীংজনবা | ক্রিরবদি ধমকা তৌদবা ফে। |

| | |
|---|---|
| ৭৭. ওকাবা অমসুং ওামচা | অশোনবগী অবাবা, অকনবনা খওবিদে। |
| ৭৮. হৌদোং অমসুং উচি | অকনবগী লাং, অশোনবসু অদুমক মখওঙি। |
| ৭৯. উচি অমসুং শল্লাবা | অচৌবনা মতম পুম্নমক্তা ওমদে, মচানা ওম্বা মতাঙসু লাকই। |
| ৮০. হণ্ডোই অনী | তুংগী য়েংদুনা থবক তৌবা তায়। |
| ৮১. মবুক নোয়রবা লমহূই | চঙখিবা হৈরবদি থোকললকপসু হৈবা তায়। |
| ৮২. পুক অমসুং হকচাং কায়াংশিং | মহৌশাগী খুৎশোমদা থোয়না চীংননিংঙাই লৈতে। |
| ৮৩. হয়ানবা অমসুং য়েম্বা | মী যৎতবগী হীদাক লৈতে। |
| ৮৪. হূই অমসুং পুজারী | মপুগী থবক্তা মীনাইনা খুদোংচাবা লৌবা চুমদে। |
| ৮৫. কৈশাল অমসুং হামেঙ | মবুকশেঙদবা মীগী তাৎ, পুম্নমল্লা খওনবা ঙাক্তনি। |
| ৮৬. সমুদ্রগী উচেক অমসুং উমাইবী | ইশা ইশানা হৈনবা থবক্তা খোয়দাবা ফৈ। |
| ৮৭. জগোই শারিবা য়োং | শেমজিন শাজিনবদগী অশেঙবনা লাকচে। |
| ৮৮. পণ্ডিত অমসুং ককচেং | ৱাথল য়ায়া খনমল্লবসু লাইবক্তা তাইনবা চুমদে। |
| ৮৯. লমকোয়বা অমসুং লাইবক | মশানা শোয়জবগা লাইবক্তা তাইনবা চুমদে |
| ৯০. নোংশা অমসুং থেব | যায়া চানিংমল্লবদি লেক্তুনা তোকই। |
| ৯১. লমহূই অমসুং কবোকৈ | মপানগী ফজবা অমসুং মনুংগী ফজবা চাংদম্নবা লুই। |
| ৯২. উচেক অচৌবা অমসুং খুঞ্জা অহল | অফবা থবক তৌবদা অরেম্বদা খক মাঙদে |
| ৯৩. মকোক অঙবা অঙবা | ফাগীনা ইকায়বা কোকহনবা ওস্মী। |
| ৯৪. লাইগী মুর্ত্তি অমসুং উশুবা | ৱারবা মতমদা লাইদা তাইনৈ। |

| | |
|---|---|
| ৯৫. খোইগী মহারাণী অমসুং মহাদেব | মীগী মাঙনবা তৌবনা মণ্ডাগী মঙলবসু অদুম ময়াউজৈ |
| ৯৬. গধা অমসুং হুণ্ডোই | মাগী মাগী মরমদমনা তেম্না খোরনাজবা ঙাক্তনি |
| ৯৭. বাহোং অমসুং বাইনু | সংসারদা কলানসু অমনা অমগী হেন্নবা নত্তে কুপ্না থিজিন্নবদি |
| ৯৮. খোইবী নিংথৌ অমসুং লীন | উপাই লৈবক্তুব্বাদি শিবা কিনারে |
| ৯৯. থেব অমসুং হূইজাউ | থবক যবা অমসুং যংতবা হায়বসি বাখলগী মথা প্লোপ্পি |
| ১০০. উট | শক্তগীদি কমসংনা হেন্না মরু ওই। |

# অরানবা চুমথোকপা

| লামাই | পরেং | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| 'বাহৌদোক' কা মায়রোল্লবা লামাই | (৩) | - ১৯৯১ | ১৯৯২ |
| | (৯) | - শ্রীহইদ্রোম | শ্রীহইরেম |
| বাহৌদোক | (৭) | - ১৯৯১ | ১৯৯২ |
| | (১১) | - শ্রীহইদ্রোম | শ্রীহইরেম |
| | (১২) | - চৎচরি | উৎচরি |
| ৭ | (৮) | - তান্নবা | তানবা |
| ৯ | (৩) | - শীজও | শীংজও |
| ১১ | (১) | - শীজও | শীংজও |
| ১৩ | (১০) | - নতোম্মত্তা | মতোম্মত্তা |
| | (১২) | - নহাল্লা | মহাল্লা |
| ১৫ | (১) | - মন | শল |
| ১৭ | (২) | - শউন | শউল |
| | (৫) | - শউনশুববু | শউলশুববু |
| ২৬ | (৫) | - কোলীচিংনা | কোলুচিংনা |
| ২৮ | (৬) | - পুমনক্তা | পুম্নমক্তা |
| | (১৭) | - অরুম্বশিংদু | অরাম্বশিংদু |
| | (২৩) | - গুমগনি। | গুমগনি !' |
| ২৯ | (২) | - বায়থ | বায়খু |
| ৩০ | (মমিং) | - হনুবা | হনুবী |
| ৪১ | (৭) | - কক | কাক |
| | (৯) | - নখোজেলতংদগা | নখোজেলদংতগা |
| ১০৩ | (৭) | - শিংনিংবা | থিনিংবা |
| | (২২) | - হারো | হারৌ |
| ১০৪ | (২) | - লান্নরিবা | শান্নরিবা |
| ১০৬ | (৬) | - খুৎশোমদা | খুৎশেমদা |

# WARI LEE KHONGUL LEE

**Volume I**

A collection of one hundred fables by Shri Raj Kumar Mani Singh of Sagolband Ingudam Lane, Imphal, Manipur (India), published by Smt. Sulochana Devi for M/S SULOCHANA PUBLICATIONS, MANIPUR at Bir Computer Printing Works, Lamphel, Imphal - First Edition: 1992.

OTHER WORKS OF THE WRITER,

(1) MAYAI KARABA SHAMU -

A collection of 21 Manipuri Short Stories(1989) which won Manipur State Kala Academy Award for Literature (1990).

(2) HEMINGWAYGEE "HANUBA AMASUNG SAMUDRA" -

A Manipuri Translation of Nobel Laureate (1954) Hemingway's "THE OLD MAN AND THE SEA".

(3) MALANGBA EISU KEIDOUDE

Another collection of 21 Manipuri Short Stories (In Press).

